# থিওরী ওফ রিভোলুসন

( ৰিভোলুসন কৰিনো? কৰিগীনো? কৰমননো? )

অইবা :—

শ্যামকিশ্বর

অকোওবা :— শ্রীথোঙাম কোমোল সিংহ

লেকচরর ইন ফিজিক্স, খা মণিপুর কোলেজ

ককচিং।


খুৎনম :— অহানবা, ( দিসেম্বর, ১৯৮৩ ইং )।

কোপি :— ১৫০০

ফংকম :— ইরাবোৎ ভবন।

মমল :— লুপা [illegible]






---

নম্ফম :—

পিপলস' প্রোগ্রেসিভ প্রেস্, ককচিং।

# রিভোলুসন তঙাইফদবনি

চুমবু ওইরবদু মতমগী লায়বু ওইরবদু রিভোলুসন হায়ব ফংলে অসি তৌখিবা চহী খরগী মনিপুরগী ইন্ডিয়া লমদমগী নুমৎশিং লামা ঙরবত্তুম তৌরকই। মসিগী "রিভোলুসনগী ইতিহাস লেখা থাদে, রিভোলুসনগী পাঠকনা ইতিহাসকী মতৌ চেনা লাংদোকপনি" হায়বদু হেল্ল' খঙদুনা তৌখিনি। রিভোলুসন তঙাইফদবনি।

অদুবু রিভোলুসন হায়বসি মশাগী কাংলোন লৈজবা থোঁদোক্কি অদুগা কাংলোনশিং অদুদু তাইবংমীগী পুক্নিংগী মশা থাক লৈতে। লৈফমদু থাদে। অমুক্তদু, রিভোলুসন সমাজগী থোকপা থোঁদোকপদু নত্তে। প্রকৃতিগী শক্তিগী পুম্নমক্তা থোকপনি। অদুনা মশক, তৌরককম অমসুং লম্বী খঙনবা রিভোলুসনবু পংশিনবা মাবা ওইনা উনবা, সমাজগী মীওইদু ওইনদু লৌনবা অদুগা থুংলায় পায়দুনা লৈবাক সরকারগী মাঙোক্তা লানফৈবা থুংনরকপদু রিভোলুসনগী হায়না হেক্তা লৌনবসিদি হায়রিংঙাই অমুক লৈতনা লাকখনি।

শোক ১৯১৭ দগী ১৯৪৯ ফাওবগী মমুংদা মালেমগী মফম থোক্লকখিবা রিভোলুসনশিং অদু লৈবাক পুম্নমকী ইতিহাসকী অদি পণ্ডিত অমাম্বনা থোয়দোক্না মিংশেং শেমখ্রে। অদুবু মহৌ মতুং তারকপদা থোরকখিবা রিভোলুসনশিংনা মালেমগী পূরপ নীরুরবদা অমাম্বা অমক ওইরিশিং মিংশিং-মাশিংনরকখি।

তৌবদদি অচুম্বা ইতিহাসকার অমদি পণ্ডিত অমা ওইরবী মীচং শরুন নাইরবা মিংয়েংদা রিভোলুসনবু মশক তাংবা নীংথৌ শিক্লে। শোক ১৯৬০-৭০-৮০ মথং মথং লানশিল্লকপা, মতাং অসিদা অর্থ নৈরবা বিপ্লবিক ওইবা অহোংবা কয়া এশিয়া, আফ্রিকা অমস্তুং লাতিন অ'মেরিকাগী লৈবাকশিংদা থোরক্লি। মসিনা ক'লেমসিগী বুর্জুবা অ'দি পিত্তি বুর্জুবা সোশিওলোজিষ্ট, রাজনিতি তৌবশিংগী পুক্লিং কয়া চিংশিল্লকই। কেপিতেলিজম অমস্তুং সোসিএলিজমগী হরক্ত কয়া থেংনরিবা লমতাই অসিদা কনাগী মীচংদা মহাদেশ অহুমশিগী লৈবাকশিংদা লেপকদৌরিবা? মখোয়গী লৈবাক্তা অর্থনিতি শেমগৎপদা কয়া লম্বীদা চংকদৌরিবা? কেপিতেলিজম?—নত্রগ সোসিএলিজমগা? বাহংশিং অসিনা সমাজগী কাংলোন নৈনবা বুর্জুবা পণ্ডিতশিংবু থিংয়েং হেন্না শেপহল্লে। মখোয়না লৌনা পুখোকচবা বাথরোম কয়া হাপচিন্দুনা "রিভোলুসন" গী অর্থবু শেরায়না শন্দোকখৎলী হোংনরক্লে। মতুনা রিভোলুসন শাগৎপগী ১মিংদা অহোংবা রিভোলুসন নমথনবা।

মহাদেশ অহুমসিগী চাওখৎত্রিবা ইকো'নোমী, রাজনিতি, কলচরগী খুদোংচাবা লৌতুনা হাম্বগী অরিবা রাইবেল পুরম ফিউডেল সমাজগী লেমহৌবাক, নাং-নিতি পুরমক মীরাংগী পুক্লিংদগী কাওথিদনবা হৈন-শিংনা হোংনহনবা থুংগী অহোংবা থৌরিবা সোসিএলিজমগী চংবী উৎপাদনবা বুর্জুবা পণ্ডিতশিংনা কয়া হোংনরি। মখোয়গী হোংনহনবগী ফিউডেল দং-গী

মেয়হৌৎবাকশিংগী মানবশিংনা মচি মচিদা ভোর্বায় তাবীজঙী ঙৈগী শাগৎলকপজবু অপেংবা "রিভোল্যুসন" হায়বকাওবা মাওশিন-লক্লে ! -কয়াদা চাওনা, মীনথপ্রবা !! অশিঙবা অয়াম্বা কয়াদা মরাং লৈক্লবা কয়াম্ব ইরাকুরি।

মরম অদুনা রিভোলুসনবু শেংনা থংহিল্লবা, লৌরঙ্গিংহ মহাপ্রোপ কয়াগী মতেং শরুদং ওইনবা -ভেম্রা চম্রা হোৎনবা হায়বসি লাইরিক মচা অসিগী পান্দম্নি। অইবা অসিনা মায়া থঙ-কৈদুনা পুথোকপনি হায়নিংঙাইদি করিমত্তা লৈতে। মালেম-পুম্বা থঙমরবা শক্লায়রবা রিভোলুসনরীশিং মাওৎসে তুং, কার্ল মার্ক্স, এঙ্গেলস, লেনিন, কাস্ত্রো, অতৈ রিভোলুসনরী কয়াগী লাইরিক; আর্টিকলশিংগী মচি ওইবনি হায়না থরবা পুরদং খোমজিল্লগা পুনা ইমাম্বোঙ্দা পুথোকচবতনি।

অদুমকপু ইক্লবগম্ব লাইরিক অসি কুইনা তাবনা মংকাও-মদনা লৈরকখি; মোংমা শ্রীথোঙ্গাম কোমেল এম এস সি (ফিজিক্স), কিয়াম সিকাই, লেকচরর থা মণিপুর কোলেজনা পুকচেল চাওনা চোংথোকপিরকুনা অচংবা থমচ পুমমক পুথোকপিদুনা লাইরিক অসি কোংবা ঙমজখিবনি। পুক্কচুপ্পা পীংবা থাগৎচরিবা লমনি। মথংদা ঐহোক্না সাইন্তিফিক রায়লদা আউতলুক কৌরনো ভাকপিদুনা অনৌবা পুন্সি অমা শেম্মী-রকখিবা শ্রীথোকচোম তোম্বা, শিংথো লৈকাই মকচিং, না লাইরিক অসিগী অশোয়-অঙাম যেংশিনবীবগী তাব পুমমক লৌবীখি।

মথংদা পিপল্স' প্রোগ্রেসিভ প্রেস, ককচিংনা লাইব্রিক অসি নম্বীরকপা অমসুং শাগৎপিরকপদা পূকচেল চাওরবা মতেং অমগসু পীখিরবকুনা হেন্না লায়হনবীখি। খ্বাঙ্গদা পীনবা কলেজসনগী চাংদগী ঐঙোন্দনা হেন্না পীবিদুনা কোম্না লাইব্রিকসি ফোংজখি। মসিগীমকসু ভোৎবীমল থংবা উংচরি।

অরোয়বদা, লাইব্রিক অসিদা য়াওগ্রিবা খুদিংগী কনস্ট্রাক্টিভ ক্রিতিসিজম পূযমক হরাওনা লৌজগনি।

—শ্রীমকিশ্বর—

তাং ৬ | ১২ | ৮৩ ইং।

# থিওরী ওফ রিভোলুসন



## রিভোলুসন করিনো ?

রিভোলুসন হায়বসিমক ইভোলুসনগী পরিংদা থোকপনি। মরুপ্পা হোংবা অমনুবনু রিভোলুসন কৌই (Radical change) প্রকৃতিগী কয়রবা অমদি মহৈ শেংঙ্গবা নিয়ম (লো) খরগী মথাংগোম্না থোকপা থৌদোক্কি (Law bound process) করিগুম্বা পোংশক অমা, থরাম পানবা নত্তবা পাম্রবশু নকাম অমা, অদুগা থৌদোক অমা মশক অমদি মগুন হোংনা ওইরকপদি মহু রিভোলুসন শোংই। অদুনা অথৌ-অহৈশিংনা হায় "A revolution is a low bound process. It is a mass upheaval in the course of which a new character and a new quality emerge."

ঐশিংনা হৈশাগী চাং খরদা মশিন্ ওনবা নত্তগা উম ওম বৃদি প্রকৃতিগী মতুংদা থোকচবা রিভোলুসননি (Chemical revolution)। মশক অমদি মগুন ওবা কংনা ওইনি। থেকয়দগী

য়েন্নাও থোরকপস্থ নিয়মগী (লো) মথাংদা ওনবনি (Biological revolution )। ভৌবদবু রিভোল্যুসন হায়বসি ঐগনা তপ্পদি থোক্নে। ঐশিংনা মনিল ওনবদা নত্রগা য়েক্কয়দগী য়েন্নাও থোক্লকপদা থংকায় কায়বা, থংচোং চোংবা মতুংদা থোকই। মরম অসিনা মাক্সিস্ত-লেনিনিষ্ট ফিলোসোফীনা হায় " A development comes in a leap like revolutionary process. A revolution is certain moments of sudden break or leap into the long process of evolution or gradualness."

মরম অসুনা হায়গী অরিবা পোৎলক অমনা (থবায় পাম্নবা, অপানবা, অমদি সমাজ) কিডম থরগী মথাদা ওন্নবা হোংদবা য়ারক্লবদা রিভোল্যুসন হায়বসি থোকপনি। লেনিননা বাহৈদা "A revolution is a change which breaks the old order to its very foundation...." (Lenin,coll works. vol. 33: p. 110)। তোইনা পয়রবা মথাগী খুদম খর অসিনস্থ হেন্না ময়েক শেংনা অমুকস্থ উৎলি :—

১। গ্রীন রিভোল্যুসন :— হান্না চৎলরম্বা লৌ মউনা মীশিং হেনগৎলবা অনৌবা যুগ অসিদা মীয়ামগী চাবা থকপা য়াৎপগী সমস্যা কোকহনবা শুপ্পক্লবদা অথঙ অহৈশিংনা চাথোক লৈবা অনৌবা লৌউ পথাপ পুথোক্লরক্লি। চ থোক লৈবা, মথোঙ নেস্থী লৌ চহিদা অনিরক লোকপা য়াবা, থুংশেমগী হায় শিজিন্নবা মেকানাইজ কার্মনচিংবা পুথোক্লরক্লিবফিভা অপুরুগী

লৌউ-শিংউগী পরিংদা পূংওন ওনবা, মশক মওন অনৌবা তাহল্লকপা গ্রীন রিভোলুসননি।

২। টেক্নোলোজিকেল রিভোলুসন :— থুংশা হৈবগী লমদা অনৌবা য়াওন। মপ্পোং-লংঙোন্ অমদি য়োৎপাক্লা লৌ উরম্ব-দগী পাব্রার হিল্লব ত্রেক্তরনা উরকপনা লৌউশিংউদা য়াম্না হেন্না থুমাং চাওশিল্লকই। খ্বাংদ, ইয়োংদা শ'নবগা ফিরোল অহু ইংগেল্যগী লাকপা ফিশ কোল (flying shuttle) না শাবা ফিরোলনা মশক্লা মওন্দা হান্নদগী হেন্ন ফগংলকই, তোঙাল্লকই। হান্নগী থুংলায়, মেচিনশিংগা অকোনবগী অ'সগা লাম্বা য়ারক্তে। মীওইবা সমাজগী দরকর লৈবা পোথোক পুথে ক্লবা থুংশা-হৈবগী থুংলায় মেচিন ইঞ্জিন অনৌ অনৌবা পুথোরকপগী পরিংদা লাকপা টেক্নোলোজিকেল রিভোলুসন হেন্না থুমাং চাওশিল্লকপনা মীওইবগী লৌশিং, পাঙ্গল অমসুং পুক্নিংদু হেন্না হেন্না চওথংলি।

৩। কলচরেল রিভোলুসন :— থাম্বলা মীশীং য়ামক্রিতৈদা চংনরম্বা, থাক্তনরম্বা অমদি লৈরম্বা শিক্ষা, নাং, চংনবী অমদি বাখল্লোন কয়ানা লৌজিক্ত অনৌবা মীশিং য়াম্বা সমাজবু হ'মগুম্না অদুমক হুমহুনা পুবা য়ারক্তে। অনৌব যুগকা চানরক্নে অমদি মরি লৈনরক্তে। মরম অদুনা অনৌব যুগকী য়াম্নবা মীয়ামগী পুক্নিংবু কমনবা অমসুং মখোয়গী তুংগী লম্বী তাকপা চুমগদবা অনৌবা শিক্ষা, সংস্কৃতি বলা অমুক তঙাই-ফরক্তে। মরম অদুনা কলচরেল রিভোলুসনগী তঙাইফদবদু লাকই

৪। ফিলোসোফিকেল রিভোলুসন :— খাংনদগী নৈন-ক্লবা ফিলোসোফি মথল কয়ানা তাইরং মীবু হৌজিক ফাওবদা অন্ধবিশ্বাসকী মংক্রং কয়াদা চাওহল্লি। শ্ভাবদদি কজবা, লশেংবা শক্তমদি ওইরবা বাখল্লোন কয়ানা পুক্নিগী অশেংবা মশক-নং-ফল। ইসিমক ওইরিবা ফিজম কয়াবু তয়ং তয়ং উবলে (অনরিএলিস্টিক)। ইসিগী হীংবগা মরী নৈনরক্তে। "লৈরেংমুক্তী মপোক" "লাইবক্তী রাকম"নচিংবা বাখল্লোন কয়ানা শুবি-নোম্বিবা মীয়াম্বু পংথহল্লি, মতু শোলহল্লি অমস্তুং উপাই নৈল্লবা জিব ওইবস্তুনা হৌজিমক্তী অব-অনা থাংবা তঙ্গী। মরম অদুনা হেন্না বিজ্ঞানিক ওইবা বাখলগী মীংয়েং অমা শাগত্তবা য়ানবগী তঙ্গাইফবা লাকই। মদুবুনি ফিলোসোফিকেল রিভোলুসন হায়নরিবসি।

৫। সোসিয়েল রিভোলুসন :— অরিবা সমাজ় অমগী মুক্তমদা অনৌবা যুগকী শুরি নোম্নীবা মীয়ামা হীংবা য়ারক্লবা সমাজ অদু ওন্দবা য়ায়ক্তে। সমাজ অদুগী দরকার ওইবা পোথোক পুন্নমক পুথোক্লিবা মীয়াম অদুনা পোথোকশিং অদু পুথোক পুথোক্লা শিজিনবা ফংলক্লবদা মথোয় মশামক্তা অদু-গুম্বা অরিবা সমাজগী মুক্তম অদু মক্ক কংনা কুপ্তোক্লনা হোংদোক্লবা হোংনরকই। (At a certain stage of their development, the material productive forces of society come in conflict with the existing relation of productions, or —what is but a legal

expression for the samething— with property relations within which they have been at work hither to. From forms of development of productive forces these relations turn into their fetters. Then begins an epoch of social revolution."

—K. Marx and F. Engels S. W. Vol 1pp503 504.

(সমাজগী পোথোক পুথোক্লিবশিংনা চাওখৎলকপদা লৈরিবা মপূ পোথোক পুথোক্লবা শীল্লিবশিংগা য়ানরক্তে। মথোইশিং অসিনা অস্থুম চাওখৎলকপদগী মমৈদা শীল্লিলাংইবা কাংবুশিংনা মথোয়গী য়োংহল্লীংহুম ওইরকই। অহুদগীদি সোসিএল রিভোলূসনগী যুগ অমা হৌরকই)।

("Social revolution implies a qualitative leap in the development of society resulting in the replacement of socio-economic formation by another."

—The Fundamentals of M-L. Philosophy
p. 434.

মথক্কী খুদম থর অসিভনম্ন লোইদে। অহুবু অহানবমক্তদা ঐখোইনা শেংনা খংবা ভাবদি "মশক মগুন অনৌবা অমা পুরকপা অহোংববু রিভোলূসন্নি" হায়বসিনি। মথক্কী

রিভোল্যুসন মওং অসিগী মথুংদা রাজনিতিগী ফিলোসোফীদা মরু ওইনা নৈনরিবদি সোসিএল নত্রগা পোলিতিকেল রিভো-ল্যুসন হায়রবসিনি। মসিমক্তি ঐখোইনা নৈনগদৌরিবনি।

## সোসিএল রিভোল্যুসন ঃ

সোসিএল রিভোল্যুসন অসিগী দরকার ওইরিবদি সমাজগী পুঞ্জিদা শেনথুম, কলচর অমদি রাজনিতিদা খ্বায়দগী মপুং ফাবা-দোক ওহোকপনি।

শৈবাকী অর্থনিতিদা :— সোসিএল রিভোল্যুসনগী খ্বাইদগী মপুং ওইনা ভায়গদবা অহোংবদি গুরিনোম্নিবা মীয়ামগা, মখোইগী মরেংবান্দা তোংহনা ঈচুপ্নিবা শেল্লাও পায়বশিংগী মরক্তা যা-নদবা মরীহ মুৎথংহনা পোথোক্তী পাম্বৈ পুম্নমক শীন্নী কাংলুপ্পা মপু ওইহনবহনি।

রাজনিতিদনা :— মতম কেন্নবা অর্থনিতিগী যুক্কনু য়োক-থংহনা নাহনমখৈ নৈরম্বা নৈওাক্লোন পথাপশিং অহু মুথম্ভনা থোরক্লিবা অনৌবা অর্থনিতিগী পরিং অহু য়োকথংকদবা নৈ-ওাফলোন লিংখৎপনি।

কলচরদনা :— হিংবগা মরী লৈনহন্দবা রাখলগী মওলান্দভা ভাওবা, মী থরভগীসু ওইবা কলচর মুথম্ভনা মীনা মীবু ওংপবু ভুকচাইনবা, মুংশিনবা, থাজনবা অমসুং মহৈ মহৈ মভেং পাংন-লিংবগী রাখল পোক্লহন্দুনা হিংলিবা পুঞ্জিগা মরী লৈনহন্না

বৈজ্ঞানিক ওইবা ফিৎরেং শাগৎতুনা মীয়াম পুন্নমক্কী ময়াদ ওইগদবা অনৌবা কলচর অমা সোসিএল রিভোলুসনদা চংই।

## রিভোলুসনগী খ্বাইদগী মরুওইবা ৱাহং।
## (The basic question of revolution)

রিভোলুসনগী খ্বায়দগী মরু ওইবা ৱাফমদি কাংলুপ অমদগী অমদা স্টেটকী শক্তি শীন্নবনি। অদুবু কোম্বং মন্নুংগী হুরান লান্নাগী শক্তি মুন্নবা লালহৌ (coup detat)বু রিভোলুসনগা মান্ননা লৌ-বদি চুমদে। কনাগুম্বনা মসিবু "পেলেস রিভোলুসন" হায়নসু কৌ-নৈ। পেলেস রিভোলুসন নত্রগা "কু" তৌবা হায়বসিনা পুন্নক্লিবদি মীশক ওন্থোকপথক্কনি। অনৌবা অভোইন্না মীওয় অমনা নত্রগা থরনা হান্নগী নিংথৌ, প্রেসিদেন্ট, প্রাইমমিনিস্টরনচিংবা শাসনগী মকোকথোংবা অমা/অনিবু হুরাম লান্নাগী লহীদা লাল হৌদুনা মহুৎ শিন্দোক্লগা লৌইশিল্লি। হাননগী অরিবা লৈতাকপথাপ, অর্থনিতিগী যুক্কম অমদি কলচরহুদি কন্নিসু মচি লেংদে। মসিগী খুদমদি পাকিস্তান, বাংলাদেশ, চিলি অমদি অতৈ লাতিন আমেরিকাগী লৈবাকশিংদা উবা ফংই।

অদুগা নোংচুপলোমগী কাংবুনা রিভোলুসনবু শেন্নাননা অর্থ হন্দোক্লবা হোৎনন্নিবদুসু চোকশিনবা ভাই। নোংচুপজর্মনগী স্কোলার G. Schmidt (জি, স্কমিদ) না হায়— "রিভো-লুসন হায়বসি ভপ্না ভপ্না অদুম অসুম হোংঙকপা ইভোলসনগা

করিমত্তা মায়দনা লৈরিবা সমাজগী রাজনিতি পথাপপু খুদক্তা হিংসা য়াওনা হোংববুনি।"

মসিদা মরুওইনা হোরিবসি অনিনি— (১) স্কীমিদকী বাকম অসিদা রিভোলুসন অমসুং কাউন্টর রিভোলুসনগী খেন্নব অমত্তা উদে। (২) অনিশুবদা, রিভোলুসনবু হিংসা য়াওনা হোংবগা মান্নহল্লি। হিংসাগী পান্নৈনা হোংবা হায়বদি খুৎলাই পায়ত্বনা লাল হৌরগা স্টেটকী শক্তি মুনববুনি।

সাধারন ওইনা রিভোলুসনগী রাহস্নোকপু খুৎলাই পায়বা লালহৌ নত্রগা "সিভিল রার" গা মান্নবা লৌবদি ল্যাল্লি। ইতিহাসতা থোকখিবা রিভোলুসন অয়াম্বা কাংলুপ অনিগী মরক্তা হিংসা য়াওনখ্রবসু সিভিল রার অমদি খুৎলাই পায়বা ল্যালহৌ (Civil war, revolt and terrorist activity) পুন্নমক রিভোলুসন্দি ওইখিদে।

শোক ১৯৫৩ গী সেপ্তেম্বর থাদা ভেনিসতা ফমখিবা ৪ শুবা রারলদ সোসিওলোজিকেল কঙ্গ্রেসতা গ্রেভ বৃটেনগী প্রো: এসা ব্রীগগ্সনা (prof. Asa Briggs) হায়খি— "আইন্না য়াবা লৈরিবা সমাজগী পথাপ অহু আইন্না য়াবা ওমথৈ লাল্লবা পান্নৈনা মহুৎ শিন্দোকপহু রিভোলুসন্নি।" (A revolution is the replacement of the existing legitimate social order by means that exceed the limits of legality.)

অরিবা, মতম হেল্লবা সমাজিক অর্থনিতি অমদি রাজনিতিগী

মরীশিং অদু থুগায়দুনা রিভোল্যুসন্না হায়গী অরিব আইনগী চৎনবী-শিং মুৎথংলি হায়বদি চুম্মী। অদুবু মসিখক্তমক হায়রগা রিভো-ল্যুসনগী "মচি" ওইবা রাক্ষমবু খংনবা ভারবদি রাজনিতি রিভোল্যুসনগা কাওন্টর রিভোল্যুসনগা চপ মান্নহনখিগদোরে। রিভোল্যুসনগী অচুম্বা অর্থ পোকহন্নবা অমুম্না হায়বা ভাই "আইমা য়াবা পথাপ অদু রিভোল্যুসনগী খোংচৎ মমুংদা চাও-খৎপা পাম্বা কাংলুপশিংনা মুৎহৎলি, অদুগা কাংলুপশিং অসিনা মপুন্সি হেন্না লৈরকুবা রিএক্সনরী ওইবা রাজনিতিগী পথাপ অদুদা রিভোল্যুসন হৌজরকুবা ইতিহাসকী ওইবা অধিকার লৈজ।"

(The legitimate order is abolished in the course of a revolution by progressive classes and that these classes have a historical right to launch a revolutionary offensive on the reactionary political order which has outlived itself).

—prof. Glezerman, Historical Materialism P. 133.

মসিমসু শেংনা খংবা ভাই মহুদি কাউন্টর রিভোল্যুসন ১দি কাওন্টর রিভোল্যুসনারী "কু" না মাইপাকপা হায়বদি প্রোগ্রেসিভ কাংলুপকী রাজনিতিগী শক্তি থুগায়রগা রিএক্সনারী কাংলুপকী শক্তি অমুক হন্ডিনহনবনি।

## সোসিএল রিভোলুসনগী মওং ইতিহাসনা লেপ্পী

ইতিহাসতা থোকখিবা রিভোলুসনশিং অসি মখল য়াম্মী অমসুং অমগা অমগন্থ খেন্নৈ। ইতিহাসকী তাঙ্কক তাঙ্ককী ওইনা খেন্নরকপনি। মফম, মতম অমসুং ফিভম্না খেন্নহল্লকপনি। সমাজগী অরিবা অর্থনিতি যুম্ফম অমা চংখিবা অহুগা অনৌবা অমনা মহুৎ শীল্লকপা তাবনিনা হান্নগী অরিবা যুম্ফমশিংহুনা রিভোলুসন থোরকুবা ফিভম পুজরকই। মরম অহুনা রিভো-লুসনগী মশক মতৌ (মওং) অসি মানা দরকার ওইরিবা ইতিহাসকী ওইবা থৌদাংনা লেপ্পী। হায়বদি, সমাজদা করম্বা য়ানদবশিংবু রিভোলূসন অমনা লোইশিনগদগে অমদি করম্বা অনৌবা সমাজগী যুম্ফম থোনগদগে হায়বসিনা রিভোলুসন্দুগী মশক তাকই।

অনিশুবদা, রিভোলূসনশিংগী মশক মওং অমদি মখল্দা খেন্নরকপসি মসিদা য়াওরিবা, মসিবু ঈহুন পীরিবা অমদি লূচিংইবা কাংলুপকী মশক্কা লেপ্পী (Social content or driving forces of revolution)।

খুদম ওইনা শোক ১৭৮৯ গী ফ্রেঞ্চ রিভোলূসন নিংথৌ পাম্বগী মায়োক্পা হৌবনি। গনতন্ত্র লিংখৎনবা, শেঞ্জাও পায়বগী অর্থনিতিগী যুম্ফম লিংখৎনবা হৌখিবা রিভোলুসন্নি। শীপ্পী-লোমী মীয়াম চোংথোকতুনা য়াওখি। বুর্জুরা কাংলুপ্না লুচিংখি মরম অহুনা মহুবু বুর্জুরা দিমোক্রেতিক রিভোলূসন কৌই।

শতাব্দী ১৭-১৮ অনিমক্তা নোংচুপ য়ুরোপ্তা থোকখিবা রিভো-লুসন পুম্নমক লৌমী, সহরগী মীচম প্রজাশিং অমদি নৌনা থোরক্লিবা শীপ্পী কাংলুপ, অতুগা মরক ময়াগী ওইবা বুর্জ্জুরাশিং ( Petty bourgeois ) যাংখি। অদুবু রিভোলুসনশিং অদুগী ঐহুন পীবা অমদি লুচিংবা অনিমক্কী থোদাং বুর্জ্জুবা কাংলুপ্পা লৌখি। মরম অদুনা রিভোলুসনশিং অদুবু বুর্জ্জুবা দিমো-ক্রেটিক রিভোলুসন কৌই।

অদুবু রাসিয়াদা থোকখিবা শোক ১৯০৫-১৯০৭, অমদি ১৯১৭ কী ফ্রেব্রুবারী রিভোলুসনশিং অহাদ প্রোলেতারিএৎশিংনা (সর্বহারা, মপাঙ্গল য়েংলগা নোংমগী চারাদমক ভাঙবা মশাগী সম্পত্তি অমত্তা লৈত্রবা কাংলুপ ) লুচিংখি। জার নিংথৌ-রেলগী শক্তি অমদি খুভম মুখংতুনা মীয়ামগী গনতান্ত্রিক সরকার লিংখৎনবা হোৌবা রিভোলুসনয়ি। মতুদা বুর্জ্জুবা কাংলুপশিংমু য়াওখি। অদুবু রিভোলুসন অদুগী খুর্জী পাঙবদি শীপ্পীনা ওই-খিবা অমদি লৌমীনা মাগী হ্বান্দগী নব্বা অকনবা মরুপ ওইখিবনা রিভোলুসন অদু মায় পাক্না লোইশিনখিদে, মথা অমুক চথরকখি। মরম অদুনা মতুগী পনথুংফম অমদি আশা ভোঙাল্লি।

মতাং অসিদা থংহৌদবা য়াদবা রাকম অমনা বুর্জ্জুৱা ইদিওলোজিস্টশিংনা রিভোলুসনবু মশীং য়ামদবা রিভোলুসনারী খুৎপু অমত্তনা পাংথোকপনি হায়না শক্কোকই। খম থেংনা ( কা হেম্না ) ওম্বা পাম্বা কাংবুনি হায়জবা “অলট্রা লেফট”

রিভোলুসনারী খরনস্থু রিভোলুসনবু মশীং য়ামদবা রিভো-লুসনারী খরভনা লোম্না লৌতুনরগা পাংথোকপনি হায়। মসি অরাম্বা চৎনবা য়াদবা ৱাফম্নি। মীয়াম্না পাম্বা, য়ানিংবা, জ্ঞান তানা, হৈনিংনা অমদি পাক্ল-চাওনা শোগৎ-য়োকখৎপিদনা কৈদৌ-ঙৈদস্থু রিভোলুসন অমা মায়পাকপা ওইথোক্কে। শোক ১৯০৮ দা তুর্কীদা, ১৯১০ দা পর্তুগালদা তৌখিবা রিভোলুসনশিং অদু মীয়াম ইয়াও য়াওখিদবনা ইতিহাসতা মমি তাখিদে। অতৈ খুদম কয়ামস্থু লৈরি।

রাসিয়াদা জারগী মতমদা নরোদনিক হায়না খংনবা নহারোল কাংলুপ অমনা মখোই খরভগী ওইবা খুংলাই পায়বা লালহৌ শাগৎখি। মতুদা লেনিনগী ময়াম্বা আলেকজেণ্ডর উল্যানোভস্থু লুচিংবা অমা ওইরম্মী। অদুবু মীয়াম য়াওবি-দবনা রিভোলুসন অদু মায় পাকখিদে। আলেকজেণ্ডর ফাদুনা ফাঁসি তৌখি। অস্থুম্না ভারতস্থু ভগতসিং, আজাদ, বিহারী, অরোবিন্দো, খুদিরামচিংবা নহারোল কয়ানা ভারতগী বৃটিশ তাম্বদা খুংলাই পাযবগী লম্বীনা অচুম্বনি খন্দুনা হোৎনরুই। অদুবু মীয়াম্না উবিখিদবা, য়াওবিখিদবনিনা ফেল ওইখি। হৌজিকমকস্থু নক্সলাইত মুভমেন্ট মায় পাক্কে। ফ্রান্সকী ফোকো মুভমেন্ট, ইতালীগী রেদ বৃগেদ মীয়ামনা শোগৎপিদবনিনা করিস্থু কাম্নদ্রবা ইহৌ তাদুনা তোক্লবনি। ইহৌ পুম্নমকসিনা পেন্দবগী অবস্থা চৈথেংদি পীনরকপা অদুগা সমাজগী ইতিহাসপু হুম্বদি ঙস্দি ঙমখিদ্রবা, মরৈপাক মজাতিদি নীংজবা থৌনা কবগী থবক খরভমক তাদুনা তোকখ্রবনি।

# ইতিহাসনা উৱকখিবা সোসিএল রিভোলুসনশিংগী মখলশিং ঃ

ইহান হান্না মীওইবনা সমাজগী রিভোলুসন উৱকখিবসি চহী লিশিং কয়াগী মমাংদনি। অধও অহে ইতিহাসকারশিংনা হায় মতুদি ঙসিদগীনা চহী লিশিং ৫ গী মমাংদা সমাজদা কাংলুপ খায়বা হৌরকখি। মতুগী মমাংগী শাংঙবা মতমগী খুন্নায় অত্থু থায়নগী গ্রীক পণ্ডিত প্লাতোনা প্রিমিতিভ কম্যুনিজম হায়না থোল্লম্মী। ঐখোয়গী লোন্দনা মৈহৈরোনগী সমাজ। শোক ১৯৭৫ দা লৈখিদবা বৃতিশ হিস্তোরিয়ান প্রোঃ আরনোলদ তোয়নবীনা মসিবু "প্রিহিস্তোরিক সোসাইতি" হায়না কৌজে। প্রাইমইভেল পেরিওদসু হায়।

অসিগুম্না শাপ্লবা নীংশিংবা থোক্রুব মতমদা তাইবং মীগী মপা মপুশিংনা অহানবা যুমলিং খুলিংঙকখিবা সমাজ লিংখৎ-খিবসি চহী কয়ামুক্তি কুইরবগে হায়বসি তাংদাংদমক্তি পুথোকপা হাংনরি। অত্থু অয়াম্বনা য়াংরিবসি ঙসিদগীনা চহী ৫০০,০০০ (লাখ ৫) নী মমাংদা মীওইবগী সমাজ লিংখৎখে হায়ব-সিনি। মতুগুম্না সমাজ অত্থু পুল্লপ পুল্লপ লৈমিন্নবা, পুন্না পুন্না শুমিন্নবা, ফংঙকপা থরত্থুনা শেংনা-খায়ন হিংমিন্নরম্না সমাজনি। মতমতুদা অহেম্বা অরেম্বা (Surplus Product) লৈরমদ্রি। পোথোক পুথোক্লবা খুংলায় ফত্রিদ্রৈঙনি। প্রকৃতিতগী মায়োক্তা হিংননবৎক্তংগী লান্থেংনজবদা নুমিৎ চুপ্পা কোন্নরম্মী। মতুদগী

ফংঙকপা চিঞ্জাক ( শা ঙা ) অমদি থবক শুব নোম্বদসু ঐগী মীগী খায়নরমদ্রি। মতুবুনি মৈহৌরোনগী সমাজ ( Primitive Communism ) হায়বিবসি।

মতুগুম্বা সমাজগী যুম্ফম অদু হোংঙক্লবা যাখিদে। মীশীং হেঙ্গৎলক্লবা মশীং য়াম্মবা ত্রাইবেল সমাজ অদুদা পোথোক পুথোক্লবা খুংলাই ফগৎলকখি, মতুনা পাঙ্গল অমদি মতম চংদনা পোথোক মরাং কায়না ফংঙকখি। শা-ঙা যোকপা হৌরকখি। লৌউ শিংউ হৌরকখি। পোথোক মরাং কায়রক্লবদা লন্লোন ইতিক্কী পথাপসু পোক্রকখি। অহেম্বা পোথোক ( Surplus product ) লাকপগা লোয়ননা অতৈবগী মকোক্তসু বেবা লাকই। অম্বুম্না লন্নায সম্পত্তি লৈরকখি ঐগী মীগী খায়নরকখি।

লন্লোন ইতিক পাক্ল চাওনা থেরূপশিংনা মচিন চংপা মীওয়সু ওইরকখি। অমান্বদা শাগী শিবাম খৈদনা খুল্লাকপা নত্রগা খুল্লকাপী (Tribal Chieftanship) গী শক্তিসু হেন্না কনখৎলকখি। অদুদু খুংশা লৈবা, লন্লোন ইতিক থোবা অমদি লম খর খরগী মপু ওইবক্লবশিংনা ত্রাইবেল নচবা অমদি ফম্নাই ফানাইবশিংগা য়ানবকখিদে। মথোমনা পুথোক চবা অমদি তাঞ্জবা পোং চৈ, লন ঙমদা ফম্নাইবশিংনা ( tribal nobility) খুং গীংজিল্লকপতু শীংনবকখি। অসিগুম্বা ত্রাইবেল অ ম অথৌশিং ১দি লুচিংবশিং (tribal aristocrats or nobilities) গী শক্তি লৈখা তাহল্লকখি। মসি অঙম্ব মতমগী রিভোলুসন অহাম্বন

হায়না ফ্রেদরিক এঙ্গেলসনা লৌই।

অহিবা সমাজ অদুদা মীগী মরন মথুম তোম্বা, মরোই-মরাং তাক্লকপা অমদি মবুদ্ধী মরোশিং শোম্বা মীওইশিংনা লৌ-লম লৈবশিং, নুলোন ইতিক ভৌবশিং, ফম্লাই ফানাই-বশিংগী মীনায় ওইরবখি। মীরমদা লান্দাক্রুবদা ফারকপশিংবু মীনায় ওইরকখি। খ্রীস্টগী মমাং ৭ শুবা শতাব্দী অদুরাইদা গ্রীস অসি মীনায় যাম্না লোইবা উম্না লৌয়াম চাবা খরতনা অয়াম্বা মীয়াম্না মীনায় ওইনখি হায়না এরিষ্টোতলনা (Aris-tottle) হায়রম্মি।

মতৌ অমুম্না ৭ শুবা, ৬ শুবা (খ্রীষ্টমমাং) শতাব্দীদা গ্রীসতা লাইবেন্দ সমাজ মুখংনগা "সিতি স্টেট" (Poliscity state) লিংখৎলকখি। অসিগুম্বা সিতি স্টেটশিংসি মীনায় লোইবা মপুশিংনা শাসন তৌরকখি। ইতিহাসতা হেংবা উন্নগী হাওনি, মাক্সম্সগী অহেব লৈবাক পুম্নমক্তা মীনায় লোইবা মপুশিংনা রাজনীতিগী থৌদাং পায়রকখি। অহিবা যুগতা লৈবাক কয়াদ "গনতন্ত্র", "রিপব্লীক", নিংথৌ পান্ন (মোনার্কিজম) অমুম অহৌ থরতনা পুবা শাসন (এরিষ্টোক্রেসী) কয়া কয়া লৈরম্মি। অদুবু মখোয় পুম্ন-মক্কী সমাজিক অর্থনীতিগী যুম্ফম্দি মীনায় লোইবগী পথাপুনি।

মতম্ন লৌখিবগা মানায়দা য়ুম্ফম ওইরগা শেম্নকখিবা সমাজ অসিসু হোৎনবা হায়রক্লিদে, মরমদি মীনায় অমদি মীনায় মপুগী মা যাম্না "থাংলুপকী ওইবা যানদবত্ন" হেক্ষৎ-লকখি। তমরোমনা নৈহংশিরবা মীনায়শিং অতুগী মশানা তাজবা

মরুপ কাংলুপ অমস্থ থোরকখি। মখোয় অদুবু "কোলোন" হায়না গ্রীসতদি খংনরম্মী। মখোই অসি হান্নদি মশাগী লৌচা খরমখৈ লৈজবা মীশা পোন্দবা লৌমীনি। অদুবু মমৈদা অচৌবা লৌয়াম চাবশিংগী মখা থারকখি, অহাম্বদা শেন-থুমগী অবস্থানা মমৈদা মদুনা মরম ওইদুনা আইনগীস্থ ওইনা। মরমদি মীনায়-শিংবু পোথোক পুথোকপগী থবক খুদিংমক্তা, চফুশাবা, ফিরোল শাবা, থাংভা খুংনাইবগী থবক অমদি লৌউ শিংউদা পাক্ল-চাওনা শীংনখংলক্লবদা লৌ লম খরদমক লৈজরম্বা মীনায় থম্বা ওমদবা মনীং তম্না লৌমীশিং অদু মখোযগী লম থাদোক্লরকপা তারকখি। মদুগী ফল ওইনা মখোয়না পায়জরম্বা লম পুম্ন-মক মীনায় লোইবা অরাংবা থাকী কাংলপশিংগী মখুত্তা লোইনা তাহৌই। অস্থুম তৌদুনা কোলোনশিং অসি মীনায়শিংগী মশানা তাবা, রিভোলুসনগী থোংলোয় ওইরকখি। অদুগা শেম্দোয় চাবা কাংলূপকা খুংনাইবা কাংলূপকস্থ য়ানরমদে।

মীনায় অমস্থং কোলোনশিংগী লানহৌনা লৈবাক মনুংগী ইরাং হেঙ্গংলকখি, অদুবু মদুতনা রিভোলুসন মাযপাবহন্নদি ওমখিদে, মপান্দগী খর চাওখংপা রাংপা কাংবুশিং, ( barbaric ) "বারবরিক" হায়না খংনবশিং অদুনা লান্দারকপদা রোমান সম্রাজ্য লৈখা তাখি। গ্রীক্কী সিতি স্টেট কয়াস্থ মুংখি। খ্রীস্টগী মমাং শতাব্দী ৫, ৪, ৩, ২ অমদি অহান্নদা ইতালী সিসিলি, গ্রীস, এশিয়া, মাইনর, চীনা, বোসফরসতা স্পার্টা-কসকী রিভোলুসন মখলশিং কয়া থোক্লখি। মদুনা ইতিহাসতা

থোরকখিবা অনিশুবা মথলগী রিভোলুসন্নি। মীনায় লোয়রবা সমাজগী প্রথানা লোইশিল্লকখিবসি খ্রীস্টগী মতুং চহী ৭০০-নোংচুপথংবা রোমান সম্রাজ্যনা লৈখা তাথরকপদনি।

## ৩ নিংথৌ পান্বগী মায়োক্তা হৌবা বুর্জুরা অমদি বুর্জুরা-গনতান্ত্রিক রিভোলুসন

মীনায় ওইরম্বদগী মনীংতম্বা ফংঙরবা লৌমীশিং অহু লোয়াম চাবশিংগা অমুক য়ানরকখিদে। লৌমীশিংনা লোয়াম চাবশিংগী মায়োক্তা শোক ১৩৫৮ দা হৌরকপা "ফ্রেঞ্চ জেকেরী" হায়না খংনবা ( French Jacquery ) অহুনি। ১৪, ১৫, ১৬ শুবা শতাব্দী ফাওবদা লৈবাক খুদিংমক্তা লাল হৌরকখি। ১৬ শুবা শতাব্দী য়ৌরকপদদি অনৌবা পোথোক মপুথোক্কী পাম্বৈ কয়া থোরকখি। কল কারখানা, ইণ্ডষ্ট্রি তেক্নোলোজী লাকখে। লৌভনা জাতিগী মরুওইবা সম্পত্তি ওইরক্লে। অসি-গুম্বা ইকোনোমীগী য়াওন অসি বুর্জুরা কাংলুপ্পা লমজিংঙকখি। শেঙ্গাও পায়বগী পোথোক মপুথোক শারুবদা নিংথৌনা মকোক থোংবা, লৌয়াম চাবশিংগী কাংলুপ্পা "রাজনিতি" (স্টেট পাৱার) পায়বতুগা স্বার্থ তিন্নরকখিদে।

মরম অহুনা বুর্জুরানা মাংজিন থারগা লৌনা থোরক্লিবা শীগ্নী মীয়াম অমদি মতম কুইনা ওৎপি নৈবিররুবা লৌমী

মীয়ামগা পুল্লগা নিংথৌ পাম্বগী চৎনবী ফুক্লোকতুনা গনতান্ত্রিক শাসন লিংখৎনবা বুর্জ্জুৱা রিভোলুসন চংশিল্লকখি। শোক ১৫৬৬ ডগী ১৬০৯ ফাওবদা নেদরল্যেন্দা, ১৬৪১ দগী '৮৩ ফাওবদা ইংলেণ্ডদা, ১৭৭৫ দগী '৮৩ ফাওবদা আমেরিকাদা, ১৭৮৯ দগী ৯৪ ফাওবদা ফ্রান্সতা বুর্জ্জুৱা রিভোলুসনশিং হৌরকখি। মসিনা ইতিহাসতা ও তুবা 'মখল্লগী রিভোলুসনি।

অসিগুম্বা রিভোলুসনশিং অসি মায় পাক্লতুনা নিংথৌ পাম্বগী চৎনবী ফুক্লোকখি। মীয়ামগী শাসন লিংনখি। অতুগা লৈবাক সমাজগী পোথোক পুথোকপগী মওংতু শেঙ্গাও পায়বা থরডনা পায়শিল্লকখি অমসুং রাজনিতিগী ওইনা য়ানবা স্টেট সরকারসু মথোয়না খুতুম চনশিল্লকখি।

নিংথৌ পাম্বগী গুপ্নম শাসন মুথৎতুনা শেঙ্গাও পায়বগী যুম্ফম থোল্লক্লবা হৌরকপা ইহৌসি সহরদা লৈবা বুর্জ্জুৱাশিংনা লুচিংলকখি। লৈবাক থরদদি নিংথৌ পাম্বগী কাংলুপকা তেমশিনখিতুনা ( Compromise ) মথোইগী ইহৌ শাস্তি ওইনা মায় পাক্লখি। খুদম ওইনা ইংলণ্ডগী চার্ডর্স মুভমেন্ট, ওলিভর ক্রোমৱেলগী লুচিং মথাদা "দিমোক্রেসী অমসুং পার্লিয়ামেন্টকী" দাবী। অতে লৈবাক কয়া অমদনা কল্লা হিংসা য়াওনখি। রিভোলুসন অসিদা মপুং ওইনা মায়োক্লবগী থৌদাং লৌরকখিবা কাংলুপতি সহরগী লাইরবা প্রজাগা লৌমীশিংগনা ওইখি।

বুর্জ্জুৱা রিভোলুসনগী থোয়দোকপা শক্তম অমদি মসি চংশিল্লকপদা থর হেল্লা থুই, শাংদে। মসিগী আশাদি শেঙ্গাও

পায়বগী য়ুক্ষম খোম্বদা কায়গদবা চুনগদবা লৈবাক ভাকলোন লিংবা অমদি মহুনা শেঙ্গাও পায়বগী লম্বীদা চংশিল্লকপদা য়ৈখায় থিঙ্গায় খোকহন্দবা হায়বসিনি। মসিদা বুর্জ্জুবা রিভো-লুসনগী পান্দম অহুম্মক লোইজরে।

অহুম্ ইতিহাসকী খোংচং মায়দবনিনা বুর্জ্জুবা রিভোলুসন-শিং অসি ভোঙান ভোঙাম্বা লৈবাকশিংদা অঙন অথেং নাইনা খোক্লখি। অহুগা রিভোলুসন্দা পাক-চাওনা য়াওরকপা শীণ্মী লোমীগী ইঙ্গিং অমদি মিংয়েংবু কিবা য়াওনরকতুনা লোয়াম চাবশিং, নিংথৌ অমদি অঙম অথৌশিংগা বুর্জ্জুরাশিংগা লোতু-নথংলকতুনা কাওন্টর-রিভোলুসন শাগংনরকপা কোঙ্গায়সু লৈবাক কয়াদা থোকখিদবা নত্তে।

শেংজিন্নক্লবদা, ১৮ অমদি ১৯ শুবা শাভাব্দীদা রিভো-লুসনারী ওইবা শীণ্মী (সর্ব্বহারা) গী কাংলুপ মশক নাইরক্লবা অমদি মখোইগী ভোঙাম্বা মনীংভস্বা দাবী পুথোকতুনা চংশিল-লকলবা মতাং অসিরাইদদী বুর্জ্জুরাশিংনা লোয়ামচাবশিংগা কায়ননিংখিদ্রে। ইকুই কুইদনা বুর্জ্জুরাশিংনা মখোইগী সম্পত্তিদা শীণ্মী লোমীনা অমুক লান্দারক্লগনি হায়বসি উখি। অসুম্না বুর্জ্জুরাশিংনা কাওন্টর রিভোলুসনারীগী রোল লোরকপা লৈবাক-শিংগী ইতিহাসতি হেন্না থেংথহন্নকখি।

মহুগী লারবা খুদম অমনা শোক ১৮৪৮-'৪৯ গী জর্মন লোমীগী রিভোলুসন্দা লমহুগী বুর্জ্জুবা কাংলুপ্না সর্ব্বহারাশিংনা মখোইগী সম্পত্তি মুনখিবা ভারে হায়না কিখংকপদগী ফিউদেল

সিস্তেম থুগায়নিংঙম্বহ্ন ভোকথোকতুনা মাগী য়েক্লবা ওইরিবা লৌয়াম চাবগী কাংলূপতুগা মীচং ওইখি। মহুগুম্বা বিশ্বাস-ঘাতকী লিচংতুনা ১৮৪৮-৪৯ গী জর্মন রিভোল্যুসন মায়থীবা পীখি। অদুগা রিভোল্যুসন অদুগী মরু ওইবা রাকম রাজনি-নিতিগী ওইনা মচেং মচেং ভাগ্নবা জর্মন লৈয়াক পুনশিন্বগী সমগ্রা লোইশিন্বা ঙমদনা লৈখি।

# ৪ সোসিএলিষ্ট রিভোলুসন

ইতিহাসনা উরকখিবা রিভোল্যুসন মখল পুম্নমক্কী তোঙাল্লবা অনৌবা যুগ অসিদা থোক্লরবা সোসিএলিস্ট রিভো-ল্যুসন অসি খ্বাইদগী অথেংবা অমসুং অরোইবা রিভোল্যুসননি। মসিগী মমাংদা হৌখিবা রিভোল্যুসন পুম্নমক্তি ঙমখৈ নাইরব্সী, পাক-চাওরমদে অমদি মালেম পুম্বগী লৈবাক খুন্নায় পুম্নমক্কা শুপ্না অমসুং য়াঙনা ইথিল পীবা ঙমখিদে।

থায়নদগী লৈরকখিবা তোঙান তোঙাম্বা জাতি, নাং, ধর্ম্ম, লোম্নচিংবগী পল কয়াবু অরিবা হান্নগী রিভোল্যুসনশিং অসিনা নমথেকতুনা মীওইবা জাতিগী অপূম্বা কলচর, রাথলগী মিং-য়েং শাগংপা ঙমখিদে। অদুবু সোসিএলিস্ট রিভোল্যুসন্দি মালেমসিগী অরিবা মখল কয়াগী ফিলোসোফি, কলচর, চংনবী নাং, তোঙান তোঙাম্বা লোনশিংগী পল কয়া নমথেকতুনা চংশিন্নকপনি হায়ন জাপানগী লৈখিদ্রব যানাগিদা কেজুরোনা হায়।

## সোসিএলিষ্ট রিভোলুসনগী পান্দম করিনো ?

যুগ কয়াদগী লৈরক্লবা অওং অনৈ মখল খুদিংমক, শেঙ্গাও পায়বনা লায়রবা শীগ্নীবু ওংপা, লোঁয়াম চাবনা লোমীবু ওংপা মুপানা মুপীবু ওংপা, জাতি অচৌবনা মচাবু ওংপা অসিন-চিংবা পুন্নমক মতম চুপ্পগীদমক মরু ফংনা মুথংনবা কেপি-ভেলিজমগী মশাগী শাগোন্নজব। লায়না কয়া থরক ফংদবা, করপসন, পোংচৈগী মমল বাংবা, শেনগী ভেলু মাংশিল্লকপা, ( ইনফ্লেসন ) লায়রবা, লাইরিক হৈতবা অসিনচিংবদগী নাম্বোক-নবা শীগ্নী অমসুং লোমীনা কেপিভেলিজম মুংথংপা ভাই। মসিনি সোসিএলিষ্ট রিভোলুসনগী মরুওইবা পান্দম।

## সোসিএলিষ্ট রিভোলুসনগী মচি ওইবা অর্থ ঃ

ইতিহাসকী অভৈ রিভোলুসনশিংদগী সোসিএলিস্ট রিভো-লুসননা পুংডোং ভোংঙাল্লিবসি মরম অহুমথক্লনি, অহাম্বদা ঃ— মমাংগী রিভোলুসনশিংদি অওং অনৈবু মুংথংনবা অাগ্না ভৌনথিদে, মুংথংপগী মহুত্তা অওং অনৈগী মওংহু শেমদোক শেমজিন, হোংদোক হোংজিন ভৌখিবথক্লনি। অহুবু সোসিএলিস্ট রিভোলুসন্দি অওং অনৈ মখল পুন্নমকপু মতম চুপ্পগীদমক্তা

লোইশিল্লি, অদুগা কাংলুপ লৈভবা সমাজ লিংথংলি।

অনিশুবদা :— মমাংগী রিভোলুসনশিংনা অনৌবা অর্থ-নিতি অমা শেমখিদে। হান্নগী অরিবা সমাজগী য়ুম্ফমদা পোক্লকখিবা অনৌবা ইকোনোমীগা চুনগদবা রাজনিতিগী শক্তি-দমক মখোইনা পুরকখি। সোসিএলিষ্ট রিভোলুসনগী থ্বায়দগী মপুং ওইবা থৌদাংশিংগী মনুংদা অমদি অনৌবা ইকোনোমী অমা শাগৎপনি, মদুদি সোসিএলিজমগী ইকোনোমীনি। মসিগী ইকোনোমী মখল অসিদি কেপিতেলিজমগী গর্ভদগী পোক্লকপা নত্তে। কেপিতেলিজম থুগায়রগা শাগৎকদবনি।

অহুমশুবদা :— সোসিএলিস্ট রিভোলুসন্দা মীয়ামগী কল্লবা থৌদাং অমা য়াওরিবসি অতৈ রিভোলুসন্দা থক য়াওখিদ্রে। রিভোলুসন অসি শাগৎলকপগী মনুংদা শীণ্মীশিংনা শুরি নোম্মীবা মীয়াম অমদি গনতন্ত্রবু থাজবা শক্তি পুম্নমকপু কেপিতেলিজম থেংননবা, অদুগা সোসিএলিজম শাগৎমিন্নবা পুনশিন্না ওন্মী। শীণ্মী কাংলুপ্না সোসিএলিস্ট রিভোলুসনগী থ্বায়দগী অয়েবী শক্তিনি।

সোসিএলিস্ট রিভোলুসনগী থ্বায়দগী মরুওইবা য়াফমদি শীণ্মী কাংলুপ্না রাজনিতিগী শক্তি পায়বনি। বুর্জুবা স্টেটকী মেচিন থুগায়রগা শীণ্মীশিংগী অনৌবা স্টেট অমা শাগৎপা হায়বসি সোসিএলিস্ট রিভোলুসনগী থ্বায়দগী মরুওইবা মথৌনি।

## সোসিএলিষ্ট রিভোলুসন লম্বী ১থক্তদগী য়াদে

মালেমসিগী রিভোলুসনগী ইচেল অসি ঙসিদি য়াম্না লুরে অমদি চয়েংনরে। ইচেল অসিনা লৈবাক পুম্নমকপু হেন্না হেন্না কোনশিল্লকপগা লোইননা শকমান্নদবা ঈথায় কয়াসু থোরক্লি। চপ মান্নবা ইচেল অমত্তনা লৈবাক পুম্নমকপু পুণগনি হায়বদি ওইথোক্কে। লেনিন্না হায়— "জাতি পুম্নমক সোসেলিজমদা লাকনি ভোবদদি চপ মান্নবা লম্বী অমথক্তদদি লাকলোই" ("All nations will arrive at socialism— This is inevitable, but all will do so in not exactly the same way, each will contribute something of its own to some form of democracy, to some variety of the dictatorship of the proletariat, to the varying rate of socialist transformations in the different aspects of social life."— Lenin Coll. works vol 23 PP 63-70)

কেপিটেলিজম নত্রগা ইম্পরিএলিজমগী মায়োক্তা হৌরকখিবা রিভোলুসনগী পাংথোকথ্রবা অমদি ওইথোকপা য়াবা মথল মথা ওইবা ইহৌ কয়া ইতিহাসনা উৎলি :—

(১) কেপিটেলিজম চাওথংলবা লৈবাকশিংদা শীগ্নী কাং-লুপ্না সোসিএলিস্ট রিভোলুসন পাংথোকপা য়াই।

(২) কেপিটেলিজম চাওথংপা থরা- রাংপা লৈবাকশিংদা

দিমোক্রেতিক রিভোলুসন হায়না পাংথোক্লগা মতুদগী সোসিএলিস্ট রিভোলুসন ওহোরকই ( সোভিয়েট য়ুনিয়ন )

(৩) জাতিগী নীংতম রিভোলুসন্দগী সোসিএলিস্ট রিভোলুসন্দা ওহোরকই ( ক্যুবা, ভিয়েটনাম, আঙ্গোলা, মোজাম্বিক, গিনিবিসো, কোরিয়া, লিব্যা, য়েমেন, অলজিরিয়ানচিংবা ।)

(৪) কেসিস্ত শাসনগী মথাদগী মনীংতম্না থেংনরকপদা মমৈদা সোসিএলিস্ট রিভোলুসন ওহোরকই। ( নোংপোক য়ুরোপকী অয়াম্বা সোসিএলিস্ট লৈবাকশিং )

(৫) চাওখৎত্রিবা কেপিটেলিজম লৈবাকশিংদা জাতিগী নীংতম লড়াই নত্রগা এন্তি ইম্পরিএলিস্ট লড়াইদগী সোসিএলিস্ট রিভোলুসন পাংথোকপা য়াই। ( আফগনিস্টান, কম্পুচিয়া, থা-য়েমেন, ইথিওপিয়া )

(৬) হৌজিককাওবদা সোসিএলিস্ট রিভোলুসন ভারত্রিবা, অহুবু মালেম পুম্বগী মশা অমা ওইবা জাতিগী নীংতম রিভোলুসন কয়া (নিকারাগুয়া, পানামানচিংবা) সোসিএলিস্ট রিভোলুসন্দা ওহোরকনি।

মখল মথা অয়াম্বা রিভোলুসনশিং অসি অমগা অমগা মরী লোইনবা লৈনৈ, মথোই খুদিংমক মালেম রিভোলুসনগী মনুংচম্বা ওাক্তনি। অওং অমৈ মখল অমা নত্রগা অমগগী মায়োক্তা থেংনরিবা ওাক্তনি। মসিমসু মুয়া উবা ভাই মতুদি রিভোলুসনশিংগী অসিগুম্বা ইহৌ লৈবা লৈবাকশিংদা অশেংবা গনচঙ্গ লৈতে। মসিং ভোইনা পয়রিবা বুর্জুয়া লৈবাকশিং

অসিগী গনতন্ত্রশিং অসি মীওই খরগী গনতন্ত্রনি, কাংলুপ নাইবা বুর্জ্জুৱা গনতন্ত্রনি।

অর্থনিতিগী য়ুম্ফমদা মী খরখক্তনা হেন্না হেন্না থুহ্নম চনশিল্লকপা হেল্লগা রাজনিতিগী ওইবা গনতন্ত্রগী পথাপ অসি ওরি নোম্মিবা মীয়ামগী ওইরক্কে, মীওই খুজোক অমত্তগী ওইরকই। মরম অহুনা ওসিদি অশেংবা গনতন্ত্রগীদমক লাম্লেংনবসি সোসিএলিজমগীদমক লাম্লেংনগদবনি।

# ৫ নীংতম লড়াইগী রিভোলুসন

বুর্জ্জুৱা রিভোলুসন কয়া অমনা জাতিগী নীংতম লানগী শক্তম (National liberation) লৌরকই। ১৬ শুবা শতাব্দী লোয়রমদাইদা স্পেইন্না লোই চল্লবগী মায়োক্তা নেদরলেন্দগী রিভোলুসন পোকখি। মসিনা ইহান হাবা বুর্জ্জুৱা রিভোলুসন মায় পাকপনি। ১৮ শুবা শতাব্দীগী লোয়রমদাইদা ইংলিশনা শুল্লগী মায়োক্তা আমেরিকান রিভোলুসন থোকখি। স্পেইন অমসুং পর্তুগালগী লোয় লম শাসনগী মায়োক্তা ১৯ শুবা শতাব্দীদা লাতিন আমেরিকাদা রিভোলুসন ময়াম অমা থোক্করকখি।

আস্ট্রিয়াগী মীওং মীনৈগী মায়োক্তা ইতালি অমসুং হঙ্গেরী লাল হৌরকখি। ১৯ শুবা শতাব্দীদা খা নোংপোক য়ুরোপকী

প্রজাশিংদা পীরম্মী। আফ্রিকাদদি কাহুনা মীনায় ওইনা য়োন-থোকখিবা, য়াত্রপনা হাল্লোকখিবা মী মিলিয়ন ১০০ গী মথক য়ৌখি।

ইম্পিরিএলিস্টশিংগী থিওরী শন্দোক্লিবা ইদিওলোজিষ্টশিংনা লোয়লম শন্দোকপগী থৌথক অসিবু য়াম্না "মীয়ুংশি চাওবা", চাওখত্তবা জাতিশিংদা "সভ্যতা পীবগী থৌদাং" ( Civilising mission ) হায়না কৌই। সম্রাজ্যবাদীশিংনা লাকপদা সভ্যতা, অনৌবা খুৎশা হৈবগী মহৈ, কলচর, অনৌবা অমসুং হেন্না ফগৎলবা পুন্সি অসিনচিংবসি চাওখৎত্রিবা জাতিশিংদা পুবিরকই হায়। অদুবু নৈহৎপিরবা জাতিশিংনদি মখোইগী লৈবাকশিং অসি সম্রাজ্যবাদীশিংগী শেন্দোং লৈরবা, আয় লাক্লিংতায় লৈরবা শেল্লেপ থাদকম্নি, ইন্দস্ট্রিশিংগী অহোংবা মচাক কংকম্নি অমদি অরামল থজিক্তদা লৈবা কংবা লেবর ( শীথী ) ময়াম কংকম্নি হায়বসি থক কাএদে। মসিমসু থংই মহুদি "অদুগুম্বা ইন্দস্ট্রিগী অহোংবা মচাকশিং অদু সম্রাজ্যবাদিশিংনা পুখিদুনা মখোইগী মরৈপাক্তা শীজিন্নকুরগা থোক্লকপা পোত্থোকতু পুরক-লগা লোয়লমশিংদা ভাওলবা মমলদা য়োল্লৈ।"

অসিদসু নত্তনা "মীয়ুংশি চাওবা", "সভ্যতা পীবা" সম্রাজ্য-বাদীশিংনা খুত্থম চল্লবা লোয়লমশিং অসিদা লাক্লগা লমশিং অসিগী হান্না লৈজরম্বা, কলচর, লোল অমদি নাং কয়া মাংহন-হুনা "সভ্যতা পীবগী" ময়েক লাবরা খুদম ওইনা মখোইগী লোল অমসুং কলচরবু নমহুনা চংনহল্লকখি।

অসুম্না মীনায় ওইরবা জাতিশিং অসিবু শেন্দোং খ্বায়দগী হেন্না চুপ্পনবা ওং-নৈবা হায়রবসিনা "কোলোনিএলিজম", লোয়লম প্রথাগী খ্বায়দগী মচি ওইবা হাকফম্নি। সম্রাজ্যবাদীশিংনা লোয়-লমগী প্রজাশিংবু অনিশুবা থাক্কী সিভিজন ওনহল্লখ্রে। মুস্থান কৈবানগী পুন্সি অসূক্কী মতিক হুম্থখ্রে। জাতি অমা ওইবগী থাক পুম্নমক ইকোনোমী, রাজনিতি, কলচর পুম্নমক নৈথা য়েৌনা ভাশিল্লকপনা প্রজাশিংনা মশানা তানা মীরৈপাক্কী শাসন মথাদা অমুক হিংনিংঙক্রে। মীনায় ওইবগী পুন্সিহুবু মরায়বক্কীনি হায়না খাংবহূ য়ারক্রে। থোনা ফরবা লাল কয়া হৌনৈ। জাতিগী নীংতম রিভোলূসন শাগংলকই।

গ্রেত ওক্তোবর সোসিএলিস্ট রিভোলূসন্না জাতিগী নীংতম রিভোলূসন তৌরিবশিং অসিগী অচৌবা পাঙ্গল হাপখ্রে, অনৌবা মঙাল, আশা কয়া পীরক্লে। নৈহৎপীরবা জাতিশিংবু মীকপ থোকহনখ্রে, মালেম রিভোলূসনগী অপুন্বা ঈচেলদা মখোইবুসু চিংশিনখ্রে।

## জাতিগী নীংতম রিভোলূসনগী মমল য়াম্বা অর্থ

**( Historical significance of national liberation revolution )**

জাতিগী মনীং মথা তম্বগী হৌরক্লিবা রিভোলূসনগী ইহৌ অসি মালেমগী অনৌবা ইতিহাসকী খোংচত্তা অসূক্কী মতিক মরুওইবা অমা ওইখ্রে, মতুদি সমাজগী চাওখৎপদা মরুওইবা

ইথিল অমা পীবদা নত্তনা মায়ওন লেপ্লসু ওইররে। নীংতম আন্দোলন অসিমক ঐখোইগী হাক্তকী "অহত্তা ডায়ররবা মালেম রিভোলুসনগী" মনুং চম্বা মশা ( Constituent of the mainstream of the world revolution ) অমনি।

ঙরাংভা লোয় ওইরম্বা লৈবাকশিং অহুসু ঙসিদি মনীং-তম্বা ফংঙহুনা থোরক্লবা প্রজাশিংনা মালেমসিগী অপুন্বা রাজনিতি অমদি অর্থনিতিগী পুন্সিদা মনীংতম্না শক্লক য়াররে। শা-লান অমদি রাথোক-লাক্থোক পুম্নমক্তা মখোইসু থৌদাং লৌররে। মখোইগী মনীংতম্বা খোল্লাওনা মালেম অসিবু নিউক্লিয়ারগী লানগী অকিবদগী কন্নবা হোৎনরক্লি। নোংম-নোংমগী সম্রাজ্য-বাদীগী রাজনিতি, অর্থনিতি অমসুং মিলিটরিগী খুতমশিংদা মখোইনা তত্তনা য়্যররে।

## জাতিগী নীংতম লড়াইগী খোংথাং অনি
## ( Two stages of national liberation revolution )

জাতিগী নীংতম লড়াইগী থাক অনিনি। অহান্নগীনা রাজ-নিতিগী নীংতম্বা ফংবনি ( Political indipendence ) লৈবাক অয়াম্বদা মসি ফংনরে। থরতমক মঙায়হৌরে। রাজনিতিগী নীংতম্বা ফংঙবা লৈবাকশিং অসিদা স্টেটকী শক্তি অসি মীরৈ-পাকী সম্রাজ্যবাদী বুর্জ্জুরাশিং, লমদমশিং অসিগী নিংথৌগী লেমহৌথাক, ( শাগৈ নাতৈ ), লৌয়ামচাবশিং অমসুং ত্রাইবেল

লুচিংবশিংগী মখুত্তগী মরৈপাক মজাভি নীঙবশিংগী মখুত্তা চৎখে।

অদুবু মসিদগী হেন্না মরুওইবা নীং খা ভস্বা অমা থাংহৌরি মথুদি— অর্থনিতিগী নীংভম্বনি (Economic liberation)। মরমদি জাতি অমগী মীপান ভাংদবা নীংভম্বা ইকোনোমী লৈজদ্রব্দি রাজনিতিগী নীংভম্বা মাংঙকই, রিভোলুসন্না পুরকখিবা ভোংজবা কয়াদু ঙাকপা ওইথোক্তে, মীরৈপাক্কী মোনোপোলী-শিংদা পুক্কীদমক মীখা পোল্লা ভারকই। মভাং অসিদা পন্ডিত শাবা খরনা জাতিগী নীংভম্ববু রাজনিতিদগী ওইবা নীংভম্ব-খক্তবু ওইনা লৌবদু লেনিন্না ককথংখি— "সম্রাজ্যবাদীশিংগী ইদিওলোজিস্টশিংনা মহোশানা 'জাতিগী' নীং-খা ভম্বগী মরমদা হায়.......'অর্থনিতি' গী নীংখা ভম্ববুদি হুন্দোক্লম্লগা। অদুম্দি ওইরবদা ভশেংনা মরুওইরিবদি অকোম্বগী অসিনি" ("The ideologists of Imperialism usually take of 'national' liberation ....... leaving out 'economic' liberation, yet in reality it is the latter that is the chief thing."

ইম্পরিএলিস্টশিংনা আফ্রিকা, এশিয়া অমসুং লাতিন আমেরিকাগী লৈবাক কয়া কয়াদা মশাগী মনীংভম্বা জাতিগী ইকোনোমী (Indipendent national economy) শেমগৎ-নবা হোৎনজরকপা পুম্নমকপু রৈখায় অমসুং নমথৈ। অখন্নন্না ইন্দস্ট্রিগী মায়কৈদা লৈবাকশিং অসি থোয়দোক্না চাওখক্তে। হায়রিবা লৈবাকশিং অসিগী অপুম্ব মীশিংনা মালেমসিগী ভংখায়

হেল্লি। মখোইনা মীরৈপাক্কী মোনোপোলীশিংগী খুৎলমদগী নাম্বোকচবা ওল্লবদি মরৈরাক্তা থোকচরিবা ইকোনোমীক রিসোর্চ-শিং, খনি, উমং-রামং, লৌউ-শিংউগী পোথোক ময়াম অদু শীজিন্নরগা মশাগী ইকোনোমী অমা শেমগৎপা ঙমগনি। অসুন্না মনীংতম্বা ইকোনোমী অমা ফংজবা অসিনা নেসনেল লিব্রেসন রিভোলুসনগী অনিশুবা থেংখাংনি। মরম অদুনা অহাম্বগী নীং-তম্বা অসি ফংলবসু অকোম্বগী অসি ফংদ্রিবা লৈবাক পুম্নমক জাতিগী নীংতম রিভোলুসনগী মন্নুং চল্লি।

## অনৌবা লোয়লম মখলগী খুদোংথিবা:
## ( Danger of neo-colonialism )

নিও-কোলোনিএলিজম নত্রগা অনৌবা মখলগী লোয়লমগী নীতি হায়বসি যুগ অসিগী অনৌবা লোম্দানি, অনৌবা রাজ-নিতি অমসুং অর্থনিতি পুম্বা পাথাপ অমনি। নিও-কোলো-নিএলিজমগী লাল্লোং রাজনিতিগী ওইনা মনীং তম্বদি ফংজরবা চাওখৎচরক্লিবা লৈবাকশিংবু সম্রাজ্যবাদীশিংনা অনৌবা মওং অমদা কন্না খুৎলম চম্বা য়াননবা শেম্ব অর্থনিতি, রাজনিতি, মিলিটরী অমসুং ইদিওলোজীগী ওইবা অপূম্বা প্রোগ্রাম মখল অমনি।

আফ্রিকা, এশিয়া অমসুং লাতিন আমেরিকাগী অয়াম্বা

লৈবাকশিংনা মশাগী মনীংডম্বা সরকার লৈজবহুনসু শেনথুমগী মস্তাংদদি মথম্ভা লেপচবা ভমদহুনা সম্রাজ্যবাদীশিংগী মীথা থারি। লৈবাকশিং অসিগী ইন্দস্ট্রি, বেঙ্ক, খনিনচিংবা কয়া কয়া মীরৈপাক্কী মোনোপোলীশিংগী মখুত্তা লৈ, মহুনা চহী অমদা দোল্লার কোতি কোতি শেন্দোং তাল্লি।

শেন্থঙ ( aid ) হায়বা অমা চাওখৎত্রিবা লৈবাকশিং অসিদা চাওখৎলবা লৈবাকশিংনা পীনৈ। মহু পীবদা করার ( agreement ) খর ত্তোনৈ, মহুগুম্বা করারশিং অহু ফোরেইন মোনোপোলিশিংগী স্বার্থ ( interest ) ঙাকুবা মচাক্কা ( রাফম্বা ) অনম্বনি। মহুগী মতেংনা লৈবাকশিং অসিগী রাজনিতিদা সম্রাজ্যবাদীশিংনা খুদোংচাবা লৌই। নিও-কোলোনিএলিস্ট পোলিসীবু মনীংতম্না শন্দোকই, মহুগী ফল ওইনা লৈবাকশিং অসিবু কেপিতেলিজমগী লম্বীদা অর্থনিতি শেমগৎহল্লি। সোসিএলিজম্বু তাথিহল্লি। গনতন্ত্র অমদি সমাজগী চাওখৎনবগী দমক লেপচবশিংবু পুলিস মিলিটরীগী শক্তি শীজিন্নরগা নমথৈ। লৈবাকশিং অসিবু মখোইগী খায়াত্তগী হেন্দোকহন্দনবা হোৎনৈ।

অওন্নগীদমক ল্যাক্লিবা ইহৌ নমৎনবা কাওন্টর-রিভোলুসন মখোইনা পুশিল্লকই। খুৎচাবী সরকার অমা ৎম্মগা হকথেংননা মিলিতরীগী পান্বেনা লৈবাকশিং অসিগী থবক ইংথাংদা ( internal affairs ) খুৎ থীংজিল্লকই। "মীনুংশি চাওবা" গী মশক ওইবা ওর্গেনাইজেসন কয়া শেল চাগনা পীহুনা থাদৈ। ধর্ম্মগী ওইবা, কলচরগী ওইবা, সার্ভিসকী ওইবা সংস্থান কয়া

থাজিল্লকই (floating)। মখোইশিং অতুনা হৈশিংনা শেন্থু মগী মতেং পীবগী মমিংদা অমদি ইদিওলোজী শন্দোকপগী খুদোং-চাবা লৌতুনা রাজনিতিদা খুং থীংজিল্লকই।

মখোইনা মখোইগী খুতুমদগী চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিং অসিবু নাম্থোকহনখিদনবা পান্থ অমগা খুৎলায় ওইনা লীজিল্লে। মতুদি "জাতিগী থিওরী" নি। (National Question)। থিওরী অসিনা মালেম রিভোলুসনবু নমথননবা লীজিল্লবনি।

## জাতিগী নীংতম রিভোলুসনগী মশকঃ

নেসনেল লিবরেসন রিভোলুসনগী (জাতীগী নীংতম লডাই) মরুওইবা আশাশিংদি মীরৈপাক্কী সম্রাজ্যবাদীশিংনা রাজনিতি অমসুং অর্থনিতিদা শুপতুনা পান্থিরিবতু ফুকপনি। য়াম্না শেংনা এন্তি ইম্পরিএলিস্টনি। অতুম্নদি ওইরবদা মোনোপোলীগী শাসন অসি লৌয়াম চাবা নিংথৌ পান্থগী লেমহৌখাক, ত্রাইবেল সমাজগী লেমহৌখাক মুৎথত্তনদি কোলোনী (লোয়নম) ওইবা তোকপা হেক ওইথোক্কে। মখোইশিং অসিনা সাম্রাজ্যবাদী-শিংগী খোংদাফম পী। মরম অতুনা নেসনেল লিবরেসন রিভোলুসন অসিনা লৌয়াম চাবগী চৎনবীবুসু য়াদে, লোয়ননা ত্রাইবেল সমাজবুসু মুৎথৎনবা হোৎনৈ। মরম অতুদগী জাতিগী নীংতম রিভোলুসন অসি এন্তি-ইম্পরিএলিস্ট, এন্তি-ফিউদেল অমসুং দিমোক্রেতিক ওই।

# জাতিগী নীংতম রিভোলুসনবু লমজিংবশিং:
# (Driving forces of National liberation revolution)

মীখা পোন্বা অমদি চাওখৎত্রিবা লৈবাকশিং অসি ইকোনোমী অমসুং রাজনিতিগী ওইনা চাওখৎপদা অমগা অমগা থাক মান্নদে। খরনা লৌউ শিংউ ইন্দস্ট্রি পুন্না চংশিল্লে, খরনা লৌউ শিংউনা মপুং ওইবা ইকোনোমীগী য়ুম্ফম ওইদুনা লৈ। খরনা ত্রাইবেলগী পোথোক মপুংথোক্তা লৈ। লোয়াম চাবা খরত্তনা শুপ্পা লৈবাকসু লৈ।

অদুমদি ওইরবদা লৈবাকশিং অসিদা য়াম্মবসু য়ামত্রবসু শীগ্নী খর খর লৈনরক্লে, লোমীদি পাক্ত চাওনা লৈ। সহরদা মিদল ক্লাস ( ময়ায় ওইবা কাংলুপ ) না মপুং ওইনা লৈরে, মজাত্তি নীংবা লাইরিক লাইশু হৈবা মী ( national inte-ligentsia) ওজা-ছাত্র, ওফিসার ডাক্তরনচিংবা। লোয়াম চাবা, ত্রাইবেলশিংগী খুল্লাকপা কয়াসু লৈ। - মোনোপোলি মিচং চংবা বুর্জুরাসু লৈ।

মখোই ময়াম অসিগী তোঙান তোঙাম্বা মিংয়েং, স্বার্থ ( interest ) অমসুং সাইকোলোজী লৈনৈ। মরম অদুনা রিভো-লুসন্দা মখোইগী তোঙান তোঙাম্বা কাংলুপকী ওইবা লম্নাম ওইবা মীংয়েংনা য়েংনৈ। অদুবু সম্রাজ্যবাদীগী মিচং চংবা

চংবা অচৌবা অরাংবা বুর্জুরা অমদি নিংথৌ পান্নগী লেমহৌখাক লৌয়াম চাবশিং অসিদং নত্তনা মথক্তা পীখিব্রা অতৈ কাংলুপ-শিং অসিদি জাতিগী নীংতম রিভোলুসনবু শৌগংলি।

মশীং য়ামদ্রবস্ শীগ্নী কাংলুপ অসি রিভোলুসনগী মরুওইবা ইহুল পীবা লমজিংবা কাংলুপশিংগী মনুংদা অমা ওই। অদুবু লৈবাকশিং অসিদা লৈরিবা চাওখৎপগী থাক অসি মাল্লদবনা শীগ্নী কাংলুপশিংগী রাজনিতি অমসুং কাংলুপকী রাখল, ওর্গেনাই-জেসনগী থাকস্ য়াম্না খেন্নৈ। মশাগী ওইজ-ওইথকী মিংয়েংনা (Selfishends) লৈবাকী রাজনিতিগী রাখলবুস্ নমহৎনগল্লি, অদুবু লৈবাক খরদদি য়াম্না খুমাং চাওশিন্নবা য়াওদবস্ নত্তে। মরম অদুন নেসনেল লিবরেসনগী রিভোলুসন্দা শীগ্নী কাংলুপকী থৌদাংস্ খেন্নৈ, অর্থ থোক্লা অদুগা থোক্তনস্ য়াওনবা উবা ফংই।

অনিশুবদা: লৌমী অসি খ্বায়দগী মশীং য়াম্বা কাংলুপ্নি। লৈবাক খরদদি লৌমীশিংনা নেসনেল লিবরেসন রিভোলুসনগী খ্বায়দগী মকোকথোংবা লমজিংবগী রোল লৌই। লৌয়ামচাব-শিংনা কা হেন্না লৌলম পায়শিন্না লৈবাকশিংদদি লৌমীশিংগী পুন্সি কা হেন্না শোকপনা মখোই অসি রিভোলুসনারী ওই-রকই। মীরৈপাক্কী মোনোপোলীশিংনস্ বরিশুম্বদা লৈবাক খরদদি মকম মকমদুগী লৌয়ামচাবশিংগা মান্নদুনা নত্রগা য়ানরগা পাক-চাওরবা লম লৌকমশিং কনশিল্লি। মখোইনা অমুক্তা হেন্না লৌমীশিংবু ওংলি। মশাগী লৌ মভিকচানা লৈজদবা লৌমী-শিং অসিগী পুন্সি পুরা লৈখা ভাররকই।

মরম অহুনা ল্যোউ-শিংউবগী লৈবাকশিং অসিদা লৌচা পথাপকী সমস্যা ( agrarian problem ) খ্বায়গী মরুওইবা য়াকম ওইরি। লৌমীশিংনা খ্বায়দগী পামজবসি লৌকম্নি। অহুবু অয়াম্বা লৌকমদি লৌয়াম চাবশিং, ত্রাইবেল লুচিংবশিং অমদি মীরৈপাক্কী মোনোপোলীশিংনা পায়রৈ। মরম অহুনা লৌমীশিং অসি এন্তি-ইম্পরিএলিস্ট অমসুং এন্তিফিউদেল ওই। ল্যোমীশিং অসি মহুদগী মশানা ভানা রিভোলুসন্দা শীগ্নী কাংলুপকী খ্বায়দগী মরুওইবা মীচং (ally) ওইজৈ।

অহুবু মশাগী মবুক থজবা কোয়নবা কৌফম লৈবা লৌমীনা মশীংনা য়াম্নবদি মখোই অহু রিভোলুসনায়ী ওইদে, এন্তি-ইম্পরিএলিস্ট অমসুং এন্তি-ফিউদেল ওইবা রিভোলুসনদা য়াওশিন্নবা করা য়াওশিল্লক্কে, থৌদাং লৌনিংদে, অরৈ-অরাগী ফিরেপ লৌগনি নত্ত্রগা ওয়-ভৈনবা থবক ভাক্কা ভৌরক্লি। অহুনা কাওন্টর রিভোলুসনগী মিচং ওইগনি। মখোইনা রিভোলুসনবুদি রিফোর্মে-সনা হেন্না থাজৈ অমসুং পাম্মী। মরমদি মখোই অসি লেনিনগী লোন্দা "অনি শোঙবা লিচং" ( dual character ) লৈবননি হায়। য়াম্না সুবিধাবাদিগী ওইবা মিংয়েং ভাক্কা মখোইগী ওই।

অহুমশুবদা: মরক মরাগী মীওয় ( য়াম্না জায়রখ্রবা কাংলুপসু নত্তবা হৌজিক হৌজিক্কি থর থর শেংপা চাবা, ফংনরিবা, মিংয়েং-রাখলদি "ঐসু মী অমনি" "মুংঙায়রকখি-গনি" হায়না থজবা, ভাবকী দলান কন্না শাগনবা, অশেংবদি নোংম-নোংমগী ফিবম শোকশিল্লকইবা কাংলুপ— middle class

নত্রগা petty bourgeois)। শুবিধাবাদী।

খুংনায়বা, খুংশা হৈবগী থবক, কারবার মচা ভোজবশিং অসি সমাজগী পোথোক পুথোকপা অমসুং নিংভিগী ওইবা মীয়ামগী ইকোনোমিক পুন্সিদা মরুওইবা কম অমা কনগল্লি। চাওখৎল্লিবা লৈবাকশিংদদি মখোইশিং অসিনা অচৌবা খুং অমা ওই। মীরৈপাক্কী অমদি মরৈপাক্কী শক্তি লৈবা শেল্লাও পায়রবশিংনা মখোইগী পুন্সিবু চপশিল্লকই অমসুং লাক্ত্রক্লে হায়রবসি খংগ্ণকপগা লোয়ননা জাতিগী নীংতম রিভোল্যুসন্দা মখোইম্বু শৌগৎনরকই। অদুবু লৈবাক কয়াদদি কাওন্টর রিভোল্যুসন্দা মতেং পাংবম্মু য়াওই। মশাগী খুদোংচাবদমক য়েংবা কাংলুপ্নি।

মরিশুবদা :— ইনতলিজেন্তসিয়া (লাইরিক লাইস হৈবশিং) সাইন্তিস্ট, স্কুল-কলেজগী ওজাশিং, ওফিসার, কর্ম্মচারিশিং, কলচরগী থবক তৌবশিং, ছাত্রশিং, লয়ায় ফার্মশিংদা থবক তৌবশিং। মখোইশিং অসি (কাংলুপমক্তি নত্তে, সমাজগী লৈরোল নত্রগা খুংপু অমনি) রিভোল্যুসন্দা য়ায়া কায়বা নত্রগা খুদোংথীবা রোল লৌগল্লি।

শীগী কাংলুপ ইরৈ লৈত্রিবা নংত্রগা শোলজিবা য়ামল্লিবা লৈবাকশিংদা ইন্তলিজেন্তসিয়া কাংলুপ্পা রিভোল্যুসন্দা অথম্বনা মরুওইবা রোল লৌই। জাতিগী নীংতম রিভোল্যুসনদদি মখোইনা লুচিংবগী থৌদাং তোইনা লৌই। স্টেটকী মকোক থোংবা কাওবম্মু মখোইনা ওই। লৈবাক সমাজগী রাজনিতিগী থৌদাং মখোইনা অয়াম্বা শরুক য়াই। অসিগুম্বা কাংলুপ

অসি রাখল মরা চেৎকন্দবা, য়েক্লবা কাংলুপকা চিশিল্লক্লবা নত্রগা লুশিল্লক্লবা মতাংদা কম্প্রোমাইজ তৌনগনা, অথাঙকন্দবা, অচেৎপা ফিরেপ নিংতি লৈ ভবা, কাংলুপ্নি। মতাং অসিদদি মধক্কী অহুমশুবা কাংলুপকা চপ মান্নে।

অহুবু শেল্লৈপক্কী শক্তিনা ( foreign capital power ) মখোইগা লৈবাক্কী শেঙ্গাও পায়বা অমদি লৌয়াম চাবশিংগা তিন্নহুনা মখোইগী জাতিগী ইকোনোমী, কলচর নমথবহু উরগা জাতিগী নীংতম রিভোলুসন্দা থরায় য়াওশিল্লকই। শেংনা উত্র-পদি কাওন্টর-রিভোলুসনগী মীচং ওইগনি।

মতাংশুবদা :— নেসনেল বুর্জুয়াজী : চাওখৎত্রিবা লৈবাকশিং অসিদা মরৈপাক নীংবা বুর্জুয়া মরাং কায়না লৈ। মীরৈপাক্কী মোনোপোলী অমসুং লৈবাক মপুংগী মখোইগা য়ানবা শেঙ্গাও পায়বা, লৌয়াম চাবশিংনা মখোইনা হেক ঙম্মখে লৈবাকশিং অসিগী ইকনোমিক দিভলপমেন্তা অপনা পীরক্লবদা লৈবাক্কী ইকোনোমী শেমগৎচনিংবা বুর্জুয়া সেক্সন খরনা জাতিগী নীংতম রিভোলুসন্দা এক্তিভ ওইরকই। কন্না য়াওখৎলকই।

মখোই অসিবু "নেসনেল বুর্জুয়া" হায়না কৌরুবগী মরমদি মশীং য়ামত্রবসু মরৈপাক নীংউবনা মীরৈপাক্কী মোনোপোলী-শিংগা খুৎশম্নহুনা জাতিগী স্বার্থ ( interest ) দা নমথাক তৌবা, মাংহন্না, লৈবাক্কী খন্দবা মশাগী শেন্দোংতগী মখনবা কাংলুপতগী নাইতোম তাহল্লি। এন্তি-ইম্পরিএলিস্ট ওইজে। মরম অহুনা মরৈপাক মজাতিগী খন্না বুর্জুয়া কাংলুপ অসিবু

নেসনেল বুর্জুয়া হায়না খংলৈ।

ভৌবদদি অসিগুম্বা মরৈপাক নীংবা বুর্জুরাশিংনা জাতিগী নীংতম লড়াইদা য়াওশিল্লকপসি মশাগী কাংলূপকী স্বার্থ কম-নবদা নত্তনা য়োকখংননবগুনি। অতুগা লোইননা লৈবাক্কী অর্থনিতি শেমগৎপত্তু শেঙ্গাও পায়রবগী লম্বীদা শেমগৎননবা (capitalist path of development) অমসুং মতুগী য়েংনা রাজনিতিগী মকোক থোংবা ওইননবনি।

মখোইনা নেসনেল লিবরেসন রিভোলূসন্দা য়াওশিল্লকই-বসিদি জাতিগী সধারন ইন্তরেস্তা, ইকোনোমী, রাজনিতি, কলচরদা মপুং ফানা নীংখা তম্বা ফংনবা মকোক থোংনা লাওই। ফোরেইন ইম্পরিএলিজম অমসুং ফিউদেলদগীদংবু নাম্থোক্লবদি মখোইগী কাংলূপকী স্বার্থ ফংগনি হায়বসি উই। মরম অতুনা জাতি পুম্বগী আশা মীরৈপাক্কী শেল্লেপকী শক্তি অমদি লৈবাক মন্নুংগী লোয়াম চাবশিংগী য়ুম্ফম ফুক্কোক্লবগী রিভোলূসন্দা মখোইসু য়াওশিল্লকপনি।

## নীংতম রিভোলুসন তৌরিবশিংগী সমস্যাঃ

মাক্সেম অসিগী অপুন্বা মীশিংগী শরুক অহুম থোকপগী অনি য়ৌনিংচিং লৈরিবা জাতিগী নীংতম রিভোলূসন কন্না

ভোরিবা লৈবাকশিং অসিনা পূম্না মালেমসিগী অপুম্বা থুংলা হৈবগী লোথোক তরাথোকপগী অমংথক্তমক পুথোকই। লেকোন-ইন্ডিস্তা মথোইগী শকক হম্বরক্লি। অয়াম্বা প্রজানা লৈত-লাম্বরা অন্-অয়েক, লাইরিক হৈতবা (ময়েক চত্তবগী) দপা ত্তাক্তা নংলি। সম্রাজ্যবাদী লৈবাকশিংগা নীংতম চত্তাইগী লৈবাক-শিংগা- খেম্নবগী থাক অসি চহী খুদিংগী হেল্লংলকই।

লৈবাকশিং অসিগী চাওখৎ থোংথাংদি য়াম্না নীংবা কায়নীং-ত্তায়নি। শেন্হে'ক থায়দগী রাংলি। মীয়ামগী কাংলুপ থায়নবক্ষু লোয়ক্রি। কাংলুপ শেংত্রিবা মরক্তা ভইবা মীওয় মরাং কায়না লৈ। ক্রাইবেল অমত্তুং শাগৈ-জাংকী ওইনা লৈনবা লীপুন-শিংনম্ব কল্লবা শত্থম পীনরি। মসিগী রাখল অসিদি ওরি-নোম্মিবা কাংলুপশিংনা রিভোলুসনগী রাখল চেলহন্নপা অমদি মথোইগী ওর্গেনাইজেসন্দা অকায়বা য়াম্না পী।

অসিগুম্ব থুদোংথিবসিদা অমুক' হেক্তিন্নকটবদি মীশী' য়াম্না থুনা হেনগৎনরকপসিনী। লৈবাকশিং অসিগী ইকোনোমী খরদং শেমগৎ-চরকপত্থু থুন য়াংন হেল্লংলকইব মীয়াম অসিন অয়াম্বা য়োহলিল্লি।

খরাংপা ময়াম অসি যেনখৎনবা থুনা য়াংনা শাসনগী খবক্তা শেমদোক-শেমজিন তৌগদবা খে'ত্তথাংম্ব লাইরিক-লাইত্ত হৈনদবা অমত্তুং লায়রবনা মরম ওইদুনা চাওনা অৎম্বা থোকহল্লি। মরম অদুনা রাজনিতি মরা চেৎকন্দ, লৈবা'ক মমুংদা মচেৎ তানবা, য়ানদবা হেজংলৈ, মতুগী য়ানদবশিংদুনা লৈবাক শেমগৎ-শাগৎপগী মায়ওন লেপ্লি।

রাজনিতিগী নীংতম্বা কংওবা মতুংদা সমাজশিং অসিগী কাংবু মথল মথা লৈনরিবশিং অসিনা তোঙান তোঙানবা লম্বী চংথংনরকই। চাওখংপা পাম্বা কাংবুনা সোসিএলিষ্ট প্রোগ্রাম পায়রখংননবা হোংনৈ, অওবা পামদবা রিএক্সনারী ওইবা কাংবুপ্পা ময়ুবা কেপিতেলিজমগী লম্বীদা অমুক হন্না পুশিন্নবা হোৎনরি। লৈবাকশিং অসিগী ময়াম সোসিএলিজম অমসুং কেপিতেলিজমগী থক অদি অমুক অমুক নুমথনরি। লৈবাক অয়াম্বদা ডসিদি চাওখংপা পাম্বা শক্তিশিংনা মরুওইবা থবক কয়া ডৌজরে, থবনা রিএক্সনারীশিংনা ফজনা অতোঙবদা লেপ্লি।

লৈবাকশিং অসিদা ইনষ্ট্রি ইচাও চাওখংত্রিবনা মরম ওইদুনা শীম্বী কাংবুপ য়ামদে। মতুনা লমশিং অসিদা অওবগীদমক্তা থেংনরিবা রাজনিতি দলশিংগী মেম্বরশিংন্ন পিত্তি-বুর্জুবানা চপীং য়াম্বী মতুগী থুদোংথীবস্ন লৈ। পিত্তি-বুর্জুবানা হেক্তিন্নকপগী কনদি "কা হেন্না রিভোলুসনারী ওইবা" অমসুং "কা হেন্না জাতিবু নীংবা", মতুগী বাখলনা (পুক্কিংগী ইহলনা Sentiment) পার্টিশিং অসিদা কাওতিন্নকই।

পিত্তি বুর্জুবাগী শক্তম অমসুং লাইনা অসিদি মীয়াম মরক্তা ইদিওলোজীগী ইন্নুকেসন কন্না পীবা, কাংবুপকী লড়াই শাগংপা অমসুং প্রোলেতরিয়াত পোলিসী কন্না চংপনা মমথবা ডম্মী।

# জাতিগী নীংতম লড়াইদা "নেসনেলিজম"

মমাংগী পন্দুপশিংদা উপ্রে মচুদি অর্থনিতি অমদি রাজনিতিদা নমথবিরবা চাওথংচত্রিবা লৈবাকশিংদা কলচরসু নমথবি। মরম অহুনা মীরৈপাক্কী "শেল্লেপকী শক্তি" (মোনোপোলী) শিংনা চীরম থুদিংমক্তা মীখা থাহনজুনা লৈরিবা লৈবাকশিং অসিগী প্রজাশিংবু ৎংলক্লবদা "জাতি কন্নু", "জাতিগী স্বার্থ," "জাতিগী কলচর", "জাতিগী সাইকোলোজী", "জাতিগী শক্তম" (National idendity), "লোল", "জাতিগী রাথল", "জাতিগী ইজ্জং" হায়বনচিংবা স্লোগান মরাম অমা নীংতম রিভোলুসন ভোরিবা কাংবুশিংনা পীজিরমথংলকই।

জাতিবু নীংবা (Nationalism) হায়বসি জাতি মপুং ফাত্রিবা জাতি মচা মচা (Nationality) কয়ানা মপুং ফাবা জাতি অমা তারকখিবা ইতিহাসকী থোংচক্তা পোক্লকখিবনি। মসিমক্কী মরু হৌকমদি কেপিতেলিজমগী মূক্কম থোক্লকখিবদা লৈরে। ১৫ শুবা শতাব্দীদা কেপিতেলিজমগী যুগ চংবা হৌরকখি। মেপ্পাও পায়বগী পোথোক মপুথোক্লা জাতি মচা কয়াগী অপুম্বা ইকোনোমীগী পূঞ্জি অমা শেমগৎলকপদা য়াম্না হেন্না থুজিল্লকখি। অদুক্তা ওইবা অপুম্বা ইকোনোমী লৈরক্লবদা অপুম্বা অমক্তা ওইবা লোল অমসুং কলচরসু লৈরকখি। অসুম্না অপুনবা

লম (Common territory), অপুন্ব ইকোনোমী (Common economy), অপুন্বা লোল (common language), অপুনবা কলচর (common culture) লৈরক্লবা মীয়াম অহ মথৈথংদা পুক্নিং থাথলগী অপুনবগী (common psychological make up or emotional integrity) লাকই। অসি-গুম্বা মখুল মরূপা মচাকশিং অসি লৈরক্লবদা জাতি "নেসন" হায়বহ ওইরকই। (Dictionary of Philosophy P. 304, edited by M. Rosenthal and P. Yudin)

ইতিহাসকী খোংচত্তা জাতি করা করা অমুম্না লেপ্লকই, লোয়নন্না "জাতি নীংবগী থাখল" (নেসনেলিজম) সু লাকই। অদুবু নেসনেলিজম অসি মমায় অনি লোঙই। খুং কনবা জাতি অচৌবা ওইবগী লম থর হেনবা, অতৈ জাতিশিংবু য়াম্বা, উশিত্তবা, হন্না য়েংবা, মখোয়গী জাতিদনা অথোইবনি, (লাইনা থাবনি) হায়না নীংজবা নেসনেলিজম মথল অমা। অদুগা নৈহংগীরবা জাতি অমগী অতৈ জাতিগা তিন্নিনজবা, অতৈবু থাজদ্রবা থাখল পোক্লকপা নেসনেলিজম মথল অমা। (Nationalism appears in two forms: Great power chauvinism of a dominating nation marked by a contempt for other nation, and local nationalism of an oppressed nation stamped by the striving for national seclusion and mistrust of of other nations"— see Dictionary of philosophy

p 306 edited by M. Rosenthal and P. Yudin)

অদুবু সম্রাজ্যবাদীশ্না মুক্তম নিংখায়রক্লবা যুগ অসিদা নেসনেলিজম্বু ইম্পিরিএলিষ্টশিংনা অমুক ওনশিন্দুনা শীজিনখৎলকই। ওন্নকইবা অনৌবা যুগকী মাওং অসিদা মখোয়না মাশিংনবা (adapt) তৌরে। জাতিগী নিংতম লড়াইনা অহানবদা থাজনিংগী, মথংদা ইকোনমিগী মশীংতম্বা ফংনবা চংশিল্লকপদা সম্রাজ্যবাদীশিংনা হৈশিংনা অথাঙবা চাউখৎপ্রিবা লৈবাক্কী মিএক্সনরি অমদি পিটি বুর্জুয়াশিংগা লোতুনরগা সমাজগী অওনবগীদমক চংশিল্লকইবা কা বুবু নমথনবা, মখোয়গী ইহৌবু থুগাইনবা হেৎনরকই। মতুংগী লাম্লেংদা চংশিল্লকপদা মখোয়না নেসনেলিজম্বু করবা থুংলাই অমা ওইনা শীজিনরকই। (Nationalism represents a special danger for the process of the revolutionary transformation of the world. The main function of nationalism, whatever its form is to split, divide and fragment the international working class and also the advanced contingents of the national liberation movement", edited by V. V. Zagladin)

\- অদুবু অকনবা অচৌবা জাতি অমন' "নেসনেলিজমগী ইহৌ শাগৎপশিনি হেন্না থুদোক্তীরিবদি জ্ঞান তাংবা নত্রগা তাদনা, (অয় স্বদি ইতা তাদনা')। নেসনেলিজম্বু ঈশ্বরগপসি (deification of nationalism) চাংথৎপ্রিবা অয়াম্বা লৈবাক্তা য়াম্না কন্না

চৎনরকপা, লেম্নরকপা অমা ওইরক্লি। ভারৎনা পংশা শাগৎ-
ছুনা জাতি নীংবগী থিওরিদা পংতাও ঙাওবসি মতৌ-দা কনা-
মন্তম্ম ভোংজদে। ওৎপীরবা জাতি অমনা মীয়াম্মু রিভোলুসনগী
লম্বীদা চিংথোরক্লবা শীঙ্জিনরকপদা অতৈ জাতিশিংবুম্ম কাওকদে।

অহুবু নেসনেলিজম হায়বসি অস্ত্রকী মতিক শাথোবা মৈ-
ঊশিং চঙদবা থুংলাই অমনি। মানা জাতি কয়াবুম্ম ভুম্নহনদ্রে,
কয়াবুম্ম কল্লকই। মরম অহুনা তরাই তরাইনা লৌবা য়াদে।
লেনিন্না হায়—"ওৎলিবা অমদি ওৎপীরবা জাতিগী, অচৌবা
জাতি অমসুং জাতি মচাগী নেসনেলিজমগী থেরবহু শেংনা
খঙগদবনি।" ("An abstract presentation of the question of nationalism in general is of no use at all. A distinction must necessarily be made between the nationalism of an oppressor nation and that of an oppressed nation, the nationalism of a big and that of a small nation.")

V. I. Lenin, coll. w. vol 36 p. 907

মরম অহুনা ভোঙান ভোঙানবা জাতি কয়া লৈরিবা ভারত
অমদি মনিপুরদা (মনিপুরগীদি Nationality, tribe অমদি
sub-tribe 29 লৈ) রিভোলুসন শাগৎপদ থৌইদগী করবা
লমজিং ওইননবা লেনিনগী জাতিশিংগী লৈখিসি "The rights of nations to self-determination including secession" হায়বহু পাবা লৈনব য়'ম্নমক দরকার ওই।

# শক্তি ফংননবা পাম্বৈশিং

রিভোলুসনগী খ্বাইদগী মরু ওইবা ৱাহংদি ষ্টেটকী শক্তিনি (The basic question of revolution is state power) হায়বসি মথক্কী চেপ্তুরশিংদা লৈরক্রে। রিভোলুসন তৌনরিবা খুদিংমক ষ্টেটকী শক্তি ফংননবনি। শক্তি অসি ফংননবা লম্বী অনিথক্কনি— অমনা শান্তিগী লম্বী (peaceful or demo-cratic struggle), অতোপ্পা অমনা হিংসাগী লম্বী (Non-pea-ceful or armed revolution or insurrection).

পাম্বৈ (লম্বী) অমথক্কনা রিভোলুসন পাংথোক্কনি অমদি মায়পাক্কনি হায়বা লৈতে। কার্ল মাক্স'না হায় "we must declare to the governments: we know that you are an armed force directed against the pro-letariat. We shall act against you by peaceful means wherever this proves possible for us, and with arms whenever this becomes necessary.

অমুক্কসু "Historical develoment can remain 'peaceful' only until the moment when those in power in the given society resort to violence to obstruct this devolopment."

অমুক্কসু "Historical development can remain "peaceful" only until the moment when those in power in the given society resort to violence to obstruct this development."

"The 'Peaceful' movement would become 'violent' if it comes up against the resistence of those interested in preserving the old order."

ইতিহাসতা মপুঙ ওইনা খেংনরকপিরবদি হিংসাগী লম্বীনি। অদুবু শান্তি ওইবা লম্বীদা রিভোলুসন মায় পাকখিবস্লু য়াওই, মতুদি মকম, মতম অমসুং অবস্থাগী মথা পোল্লি। খুংলায় পায়বা নত্রগ পায়দববু লুচিংবা অমখক্তনা লেপ্পা য়াবা ওইদে। ঐখোয়গী অনিংবা অপাম্বগী মতুং ইন্না। লভাইগী মওং অতুদি ইতিহাসকী ওইবা অবস্থাশিংগী মথা পোল্লি। মতুগী মরমদা লেনিনয়া "Guerrilla warfare" হায়বা অটিকল অতুদ অস্লয়া ইরি—

"What are the fundamental demands which every Marxist should make of an examination of the question of forms of struggle? It (Marxism) recognises the most varied forms of struggle ....... Marxism demands an attentive attitude to the mass struggle in progress, which, as the movement develops, as the class consciousness

of the masses grows, as economic and political crises become acute, continually gives rise to new and more varied methods of defence and attack. Marxism, therefore, positively does not reject any form of struggle.

........In the second place, Marxism demands an absolutely "Historical examination of the question of the forms of struggle." To treat this question apart from the concrete historical situation betrays a failure to understand the rudiments of dialectical materialism.

To attempt to answer yes or no to the Question whether any particular means of struggle should be used, without making a detailed examination of the concrete situation of the given movement at the given stage of its development, means completely abondon the Marxist position.

These are the two principal theoritical propositions by which we must be guided.

—Lenin's Coll. w. vol. 11 P. 213.

শোক ১৯৬০ দা মোস্কোদা পাংথোকখিবা কম্যুনিস্ট অমসুং ৱার্কর্শ পার্টিশিংগী মিতিংদা অসুম্না পুথোক্লখি, অহুগা লেপ্লখি মহুদি "লেনিনিজম্না তম্বী থবক্লসু তাকই মহুদি শাসন পায়রিবা কাংলুপশিংনা কৈদৌঙৈদসু মবুকথোক্লা য়ানিংনা শক্তি থাদোক্তে" (Leninism teaches and experience confirms that the ruling class never relinquishes power voluntarily."

কোংনা, আইন্না য়াবা গনতান্ত্রিক ওইবা রিভোলুসনগী থবক অমত্তা য়ারক্রবা, হায়বদি অন্দলোন, মিতিং, চেক্ষোং পুথোকপা, মীথৌলদা চাংয়েং তৌবনচিংবা থবকশিংদা অখিংবা পীবদা নত্তনা রিভোলুসনারী দলশিংবু কোয়তান তান্নরবা, শা-ঙাদা চংকদবা লিচং চংশিল্লক্রবা অহু ওইরবদি "তঙায়করক্রবদগী" রিভো- লুসনারীশিংনা খুংলায় পায়থংলকপা তাই। লেনিনগী লোন্দা, মতাং অহু য়ৌরক্লবদি "tactics of necessary violence" (তঙায়ফত্রবা হিংসাগী লাল্লোং) মীয়ামদা তম্বিরগদবনি।

মীয়াম অসি চপচানা হৈশিংবা, মিংশিং-মাশিংহনবা ঙমগদবনি। অহুগা লাঞ্জংপুরেন ওইগদবা রিভোলুসনারীশিংনা মশানা মশাবু কঞ্জবা অমদি ঙাকথোকচবা ঙম্মগদবনি। মরমদি মহু ঙমত্র- বদা রিভোলুসন ওইথোক্তে। লেনিনমক্লা হায়— "A revolution must be able to defend itself." অসিগুম্না হেনফত্রবা পুংফমদনি হিংসাগী থবক অসি তঙায়ফত্রবা খুংলায়

ওইরকই হায়না কার্ল মার্ক্সনা হায়রম্মীবা— "The revolutionary violence is a midwife to an old society which is pregnant with a new."

ভোৎবতদি হিংসাগী থবক অসি মথৎ অনি শুই। মচু মুমা থওবা ভাই। মচু ইথঙ থওদনা হিংসাভবু পুল্লপ শৌগৎপা কাওবুসু য়াওরি। মীওয় থরভনা খুৎলায় পায়ভুনা হৌবা হিংসাগী থবক অমা, অভোপ্পা অমনা নৈহৎপিরবা মীয়াম্মা শক্তি পায়রিবা মখোইগী কাংলুপকী য়েক্রবশিংগী মায়োক্কা হৌবা অমা। মী থরভনা, মীয়াম য়াওদনা ভোগদবনি হায়বসি পিত্তি বুর্জুবা ময়ায় ওইবা কাংলুপকী বাখলনি।

অহুগা অশেংবা অচুম্বা বৈজ্ঞানিক ওইবা মিৎয়েংগী বিপ্লবিক ওইবা হিংসাদি নৈহৎপিরবা মীয়ামভুনা ভঙায়কত্রবা, হেনকত্রবা পুংকম অমদি অবস্থাদা ভোৎরক্কদবনি হায়বসি লেনিন্না ময়েক লানা ইরম্মী। জাতি অমগী খ্বায়দগী মশীং য়াম্বা মীশীংগী মনীং-মথা অমদি অধিকারশিং কন্নবা শক্তি ( হিংসাগী ) শীজিন্নদবা য়াদে। মহাক্না হায়— "When violence is exercised by the working people, by the mass of the exploited against the exploiters— then, we are for it." (Lenin, coll. works vol. 26, P. 456)

খুৎলায় পায়বগী রিভোলুসন্দি মশাগী ভঙায়কদনা শাগোম-নজবা নিয়ম লৈজে। মচুগী মমুঙদা খ্বায়দগী মরুওইবদি ক্বিভম মভম চাত্রিবমখৈ খুৎলায় পায়ভুনা হৌরোইদবনি হায়বসিনি

( Time, place & condition ) মসি য়েংদনা হেক্তা হৌরপদবনি হায়দুনা তকশিনবা কাংলুপশিং, মীওয়শিং য়াওইৎ মথোই অদুনা হুপ্পবদি হৌরিবা ইহৌ অদু থক মায় পাকলয়োইদবনি।

মরম অদুনা অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগী মরমদা ক্যুবাগী প্রাইম মিনিষ্টর ফিদেল কাস্ত্রোনা পিনোস জৈলকী জেলদা লৈরিঙৈদা লোয়না ১৯৫৪ গী জুন ১৯ দা চিঠি ইরকখিবদা অসুম্না হায়রকখি "ঐখোয়গী মরক্তা মী হাংপা নত্তনা কন্নিমত্তা তৌনিংদবা অমসুং খুৎলায় ফংননবা মত্তবা থবক্তমক তৌগদবগী হোৎনদুনা লৈবা য়াওরবদি মখোইদু হেক্তা ভাদ্হোকখ্র গদবনি····ঐখোয়না দরকার লৈরিবদি ডাকুশিং নত্রগা থৌনা ফবগী থবক ঙাক্তা থিবশিং নত্তে, ঐখোইনা দরকার ওইরিবদি ইতিহাসকী ওইবা দায়ীত্ব খঙবা মীদুনি, ঙাইরবা ঙম্বা, মরৈপাক্কী কোয়া ফয়ক্কুবগীদমক অবা-অনা খাঙদুনা থবক তৌরক্কদবা মীওইশিংনি।

( If there are people in our ranks who want nothing but shooting and are prepared to make a deal with the devil himself only to get arms, they must be expelled outright......... what we nead is not gangsters or adventurers, but men aware of their historic responsibility, man who can wait and painstakingly work for the future welfare of their country."

( Letter from Pinos Prison June 19, 1954 )

মরম অদুনা কান্ত্রে'না হায়— "মীয়াম্বু ঐখোয়গী মিচঙদা য়াওহনক্লবা, ঐখোয়গী বাখল ময়াম অসি হেন্না শন্দোক্লবা খ্বাইদগী হান্না পায়খৎকদবনি" (A top priority task now is to win public opinion to our side, promote our ideas and earn popular support.) লেনিননা থম্মম্বা মতুংইন্নস্থ, "রিভো লুসনরী ওইবা কাংলুপশিংগী মনুঙদা অমদি লৈবাক অমগী মনু'দা রিভোলুসনরী পার্টিন মেজোরিটি ওইরবদি লাল্হৌবগী ব'সি পঙ্খুনিঙ্ঙাই ওইদে।" "অদুদগী নত্তনা ল.লহৌ ভোবদা দরকার ওইরিবদি— (১) রিভোল্যুসন অসি লৈবাক শিন্নবা থুংন. শোগৎলকদনি। (২) বাখল কিদমগী রাজনিতিদা সরকার অদু লৈথা ভাগদবনি। (৩) মরক ময়া ওইবা মীওই পুম্নমক্কী কেম্পতা থমথে.না নীংজিং-মাংজিংনা চক-দবনি, হায়বদি সরকার অসিবু চরাংতা শোগৎলম্বশিংহ চসিনি শোগৎলরোইদবনি।" "If the revolutionary party has no majority in the advanced contingents of the revolutionary classes and in the country, then insurrection is out of question." "Moreover insurrection requires (1) growth of the revolution on a country-wide scale: (2) The complete moral and political bankruptcy of the old govt. (3) Extreme vacillation in the camp of all middle groups, i, e, those who do "not" fully support

the govt., although they did fully support it yesterday." Lenin, Coll. w. vol. 26 p. 134

মাগী আর্তিকল "The revolutionary phrase" হায়বদা লেনিনা অহুম্মা অমুকন্থ হায় "ঐখোয়না হায়রে মতুদি লালহৌবা হায়বসি মতম পুম্নমক্তা যুং চাবা ভাক্তদি ওইদে; হান্না মাংজোনমা দরকার লৈবা মচাকশিং অহু লৈরবদি থৌরাম মরক্তা রিভোল্যুসন কাপী তাই"

("We have said that an insurrection is not always expedient; unless the prerequisites exist among the masses it is a gamble."

অহুপা অ.সতবা হিংসা অমদি শান্তিগী লম্বীশিং অসি হৈশিংবা পুম্না শিজিন্নবা তথস্থ ওইগদবনি হায়না লেনিনা হায়রম্মী। লম্বী অমত্তনা রিভোল্যুসন পাংথোকদবনি হায়বা লৈতে। হোংজকইবা অবস্থানা হোংদোক-হোংজিন তৌহল্লকদবনি।

"The legal struggle, parliamentarianism and insurrection are interlinked, and must inevitably pass into each other according to the changes in the conditions of the movement.

(Lenin, Coll, w.vol,21 p. 392

শান্তিগী লম্বীদা রিভোল্যুসন শাগৎফিদ্রৈদে। হিংসা য়াওদবা য়াদবস্থ লাকই। মত্রগা হিংসা য়াওবা রিভোল্যুসন শাগৎফিদ্রৈ, খোয়রাং তৌরিদ্রৈদে মাগী শক্তিশিং (forces)

শেমগৎলিবৈদা শান্তীগী লম্বীদু শীজিন্নদবা য়াদবসু লাকই। ওই-থোকপা য়াবা মফমদা পালিয়ামেন্টা মীহুৎ থাজিনগনি, পব্লিক ওর্গেনাজেসনশিংদা আইম্না য়াবা মওংদা থবক তৌগনি. মরু ওইবা শরুক য়াগনি, পাকচাওনা লৈবাক শিনথুংনা প্রোপেগন্দা কেম্পেইন পায়থৎকনি।

লাতিন অমেরিকাগী লৈবাকশিংদা রিভোল্যুসনরীশিংনা থুংলায় পায়বগী লম্বীদা চংশিন্নিবৈদা আইম্না য়ামা কোংনা লৈ, ইলেক্সনদসু শরুক য়াই। অদুগা গুয়েরিল্লা লল্লগা অতৈ থুংলাই পাইবগী লাম্লোংবু লৈবাক মসুঙগী অরাপ্পা কাচিন কোয়াদা অহুম্মক চথে। লেনিননসু হায়। "The party of the working class, without abandoing legal activity, but never for a moment overrating it, must combine legal witn illegal work"

মাক্সিজম-লেনিনিজম শাগৎলম্বশিংনা য়াম্না চুম্না ভাক্সী মহুদি ওরি নোম্নিবা মীয়াম্না য়ারিবমথৈ ঈমু-নাইমু ভানদনা শান্তিগী লম্বীদা শক্তি পায়বা পাম্মী। মহু উরুগগা অমসুং ওইথোকপা য়াবা ভাঙ্গাহু য়েংউরগ: কার্ল মার্ক্সনা হায়খি মহুমি শ স্তিপুর ওইবা লম্বীনা, আন্দলোন্ন হেম্না থুনা অমসুং শোয়দনা য়'রগদবা থবকুদা থুংলায় পায়হুনা হৌগনি হায়রবদি অঙাওবা ভাগনি। ("Insurreetion would be madness where peaceful agitation would move swiftly and surely do the work")

অহান্না পৃথিবীগী লাঙ্গাও মমুত্তদা লেনিন্না শান্তি ওইবা লম্বীদা শক্তি পায়রবা য়াবগী অবস্থা পল্লম্মী— "peaceful surrender of power by the bourgeoisie is possible, if it is convinced that resistance is hopeless and if it prefers to save its skin."

( Lenin, coll. w. vol 23 p. 69 )

## শান্তিগী লম্বীদা রিভোলুসন ওইথোকপা

পৃথিবীগী অনিশুবা লান্‌গী লোইরবা মতুংদা লৈবাক মশীং য়ামল্লবা মালেম অসি মশক থঙবা তুমদবমথৈ ওনখ্রে। সম্রাজ্যবাদীশিংনা ইউরোপ কোক্লম্বা আফ্রিকা এশিয়া অমসুং লাতিন আমেরিকগী লৈবাকশিং অস্মবী মহিক থুনা অনৌবা য়াওন অমদা চংশিল্লকই। মরুওইনা লোংচুপ য়ুরোপকী সম্রাজ্যবাদী লৈবাক থরতনা শুপতুনা লোয় চল্লম্বা এশিয়া অমসুং আফ্রিকাগী লৈবাকশিং রাজনিতিগী মনীংতম্বা মথঙ মথঙ ফংনরকখি।

মহাদেশ অহুমক্তগী পুম্বা লৌরগা তসিদি অসিগুম্ব লৌনা মনীংতম্বা ফংলকপা লৈবাকশিং অমস ৯০ গী মথক্তা লৈরে। মথোইনা মশা মশাগী মনীংতম্বা ( Sovereignty ) কঞ্জনবা শেংথরবা চাওখৎহনবা ইকোনোমী শেমগৎতুনা মীয়ামবা তুরবা সোসিএলিজমগী লম্বীরে'মদা অথাম্বা চংশিল্লকই।

মতম কুইনা মীখা পোন্দুনা (সোইলম) ওইদুনা রানা থাংজনা, হীরম খুদিংমক্তা চাওকতনা শোখদুনা লৈরম্বদু সম্রাজ্যবাদীশিং মথাদনি। সম্রাজ্যবাদী হায়বা পথাপ অসি কেপিতেলিজমগী অয়োৌবী থাকভুনি। মরম অদুনা লোয়নলম ওইরিবা কমনা মশক খণ্ডকল্লবা কেপিতেলিজমগী লম্বী অয়াম্বা লৈবাকশিংনা পায়রকখিদে।

অনিশুবদা, লৈবাকশিং অসিগী নীংতম লড়াইবু পুকচেল শেংনা শোগংলকখিবা, পৃথিবীগী মকম পুম্নমক্তা লৈহৌংশিরক্তা মীয়ামগী রিভোলুসনগী মপাঙ্গল হাপ্লকপা অমসুং মালেম রিভোলুসনগী অপুনবা লুচিংবগী থৌদাং লৌরিবা মালেম সোসিএলিস্ট কুরুপ্পা (সোভিয়েত য়ুনিয়ন অমসুং অতৈ সোসিএলিস্ট লৈবাকশিং) ওসিদি লৈবাক জাতি পুম্নমক্কী অনৌবা ইতিহাসকী মায়ওন লেপ্লকপদা পুংয়ান ওইবা থৌদাং লৌররে। ইউ, এন, ও, (U. N. O.) মমুঙদা অমসুং মপান্দা মালেম পুম্নমক্কী ওইবা রাজম লাকপদা অরোয়বা রা ংগ্লা তুপ্পা ওয়া (decisive factor) হায়বদু কুরুপ অসিন ওইরে।

মসিনা রিভোলুসন অসিদা হেন্না খুদোং চাহল্লে। মহুদন্তু নত্তনা ইকোনোমিক কম্পিতিসন্দা কেপিতেলিস্ট লৈবাকশিং অসিদগী সোসিএলিস্ট কুরুপ্পা লাকচল্লক্লে। মীকোক্কী ওইবা আয় (percapita income) অমসুং জাতিগী ওইবা আয় (G.N.P.) দন্তু মখোইনা মাওঙিন থারে। মরম অদুনা মালেম শরা শন্না সোসিএলিস্ট রিভোলুসন পায়রকই। মতুংগীদমক নীংতম লড়াই

( National liberation ) চঙশিন্নরকই।

মথক্তা নৈনখি্রবা ভরং ভরং নৈরিবা ইতিহাসকী ভাক্কক ( concrete historical situation ) মাশেমগী ইতিহাসপু মশক ভাক্লে, ঈহুন পীরে অমসুং মায়ওন লেক্লে। অসিগুম্বা ফিবম অসিদা সম্রাজ্যবাদীনা নোংম-নোংমগী মরায় চায়থরকপা অমদি য়ুম্ফম মাঙশিল্লকপা হায়বত্থ ওইরি। মসিদা খুরাম্ব্রী খুদোং চারক্লিবদি নৈবাক পুম্নমক্তা মীয়াম্না মীকপ থোক্লরকপা হেক্সংনরকপসিনি। মসিনা রিভোলুসন্দা খুমাঙ চাওশিলহল্লি। অদুনা ঙসিদি শান্তি ওইবা লম্বীদা রিভোলুসন পাঙথোকপা য়াবগী অবস্থা হেন্না ফগংলে।

কেপিতেলিজম চাওখংলবা য়ুরোপকী নৈবাক কয়াদা, য়ু, এস, এ, কানাদানচিংবা নৈবাকশিংস্থ য়াওনা বুর্জুবা গন্ভর্মেন্টগী চংনবী মরা চেংনা নৈখ্রবা অমদি শীথ্রী কাংলুপ্না হেন্না মীকপ থোক্লরক্লবদা শান্তিপুর্ন ওইবা লম্বীদা রিভোলুসন পাংথোকপা য়াবগী লম্বী নৈরে। কেপিতেলিজম য়ায়মরপ ওইনা চাওখং-লবা এশিয়া, আফ্রিকা অমদি লাতিন আমেরিকাগী নৈবাক-শিংদস্থ নৈরে।

অদুবু জাতিগী অসিগুম্বা শান্তিগী ওইনা রিভোলুসন লাকপা য়াবা লম্বীদা হেক্লিন্না থাজবা ( overrate ) পংথম থমদনবা লেনিনা ঙন্তানা রাগিং তৌরম্মী। মরমদি শান্তিগী লম্বীদি য়াম্না ঙমথে নাই। স্টেটকী শক্তিদি বুর্জুবাশিংনা পাররিবনিনা

[illegible]ীংবা মথৎলগী অথিঙবা (resistance) নমথবা (repression) পুলিস অমদি মিলিতরী শীজিন্নহুনা ভোবা ঙম্মী।

অনিশুবদা, রিভোলুসন অসি য়াম্না লুবা ( আর্ত ) মহৈ অমনি। চুমথ্রিং হেক্তা চৎপা য়াবা ওইদে। মসিবু মায় পাক্নবা হোৎনবদা খুৎলায়বু পায়রবস্ নত্রগা থিংসাগী লম্বীবু ওইরবস্ মীচঙ ( চৎমিন্নগদবা সঙ্গ ) ( ally ) থিদবা য়াদে। মসি রিভোলুসনগী মরুওইবা লৌশিংগী মরক্তা অমনি। চাওখৎপা পাম্বা গনতান্ত্রিক ওইবা শক্তিশিংগা পুনগনি। অপুম্বা ফ্রন্ট শেমগনি। অদুবু অসিগুম্বা ভোঙান ভোঙাম্বা নিতি অমদি সিদ্ধান্ত ( ideology ) লৈনবা কাংলুপশিং অসি লৈবাক মনুঙগী অমদি মপানগী রিএক্সনগী শরো লাংদা ভোয়না থুগল্লি হায়বসিদি অনৌবা যুগকী ইতিহাসনা শাক্নীনি।

অহুমশুবদা, চাওখৎত্রিবা অমস্তুং চাওখৎলকইবা লৈবাকশিংগী মিলিতরী ওর্গেনাইজেসন অসি রাজনিতিদা খুৎ থিংজিনগন্দবা ওইনা হেক লৌবা য়াদে। অরিবা শাসন অমদি সমাজগী য়ুম্ফম ভাক্নবা থমখিবা মিলিতরীগী মেচিন অসি অনৌবা য়াওন পুরক্নবা ঈহৌ লাকপদা লৈবাক মনুঙ অমস্তুং মপানগী রিএক্সনগী খুৎলায় ওইগল্লি।

মরিশুবদা, ( খ্বায়দগী শাথিবা মরম ) নোংম নোংমগী লৈখা ভাথরক্লিবা সম্রাজ্যবাদীনা মাগী নিংখায়রক্লিবা য়ুম্ফম কন্নবগীদমক অরোইবা [illegible]নগী থমকা ভোরকই। শেম শারকই। খুৎল্লাই লমজেন থোকহল্লকই। চাওখৎত্রিবা লৈবাকশিংদা

মিলিতরী অমদী ইকোনোমীগী ওইবা মতেং পীশিল্লকই। মালেম শীঘ-থুংনা মিলীতরী বেজ হাংদোক্লকই। য়ু, এস, এ, গী মীয়ৈপাক্কা থম্লিবা মিলীতরীগী বেজ অসি ১,৫০০ নী। শান্তি পামজবা, গনতন্ত্র থাজবা মনীং তম্বা লৈবাক কয়াদগী সরকার লৌথোকপা তম্মী। তোইনা তোইনসু লৌথোকই। মীয়ামগী অংহৌ, রিভোল্যুসন নমথনবা থুংচাবী হংলাই সরকার লিংখংলী।

অদুবু অকিবা পুম্নমক অসি লৈদুনসু শান্তি ওইবা লম্বীদা রিভোল্যুসন তৌবা য়াবগী ওইথোকপদু লৈরি। অয়ুথমক্তা মীয়াম হৌননবা অমদি রাজনীতিদা মথুং থারকহনবা মতম চঙনা অথাঙকনা অমত্তং কনশীন্না হোংনবা তাবনী। মদুনা রিভোল্যুসনরীশীংগী অহাংবা মথৌনী। য়াকম অসীগী মতাঙদা ফ্রেদরিক এঙ্গেলসনা অতোপ্পা হায়খী— "জ্ঞান তাবা, মশীংদি য়াম্দবা থর থক্কা ভাব তাক্রীবা মীয়াম অমগী ল্যুচীংবা ওইদুনা ইখঙ খঙহৌদনা লান্দাব, রিভোল্যুসন তৌবগী মতমদু হৌখ্রে। সমাজগী সংগথন অমবু পুম্না শেমদোকপগী য়াকম লাক্লবদী মীয়ামশীং অদুমক মদুদা য়াওহনগদবনী। খুদোংথীবনা করিনো, করিগীদা মথোয় চংলিবনো হায়বদু থরায় হকচাঙ য়াওনা হান্না খঙজবা তাই। হৌখিবা চহী ৫০ অসিগী ইতিহাসনা মদু ঐখোয়দা তম্বীরবনি। অদুবু মীয়াম অসিনা করি তৌবা তাবগে হায়বদু খঙননবা মতম চঙনা অথাঙকনা নোম্বা অমা দরকার ওই"

(........the time of surprise attacks, of revolutions carried through by small conscious minorities at the head of unconscious masses, is past. Where it is a question of complete transtormation of the social organisation, the masses themselves must also be in it, must themselves already have grasped what is at stake, what they are going in for, body and soul. The history of the last fifty years has taught us that. But in order that the masses may understand what is to be done, long persistent work is required," (K. Marx, F. Engels. S. W. Vol. I p. 195-6, 199-200

## রিভোলুসনগীদমক মাওঙ্জোননা দরকার ওইবা মচাকশিংঃ

(Prerequisites or Preconditions of revolution)

রিভোলুসন ভৌবা তারবদি মাহুক্লৌশনা অমম্তং তঙাইফ-দনা দরকার ওইবা মচাক খরা লৈরি। মখোয়শিং অহু কাল্লগা নত্রগা মাওদনা, অহুগা ম ওরগম্ভ মধৈ মুন্দনা রিভোলুসন

ভৌবা ওইখোক্তে। মরম অদুননি লেনিন্না রিভোলুসনবু নিয়ম্না (law)পুন্দুনা চৎপনি, হুকুম ভৌরগা পাংথোকপা য়াদে হায়রম্মীবা। A revolution is 'a law bound process, It cannot be made to order)

মীওইবগী হৈতিহাসতা রিভোলুসন কয় উরকয়ে। য়ুগকী ওইনা মথন মথা য়াম্মী। নৈবাক নৈবাকী ওইনা লাল্লেংহ্ন ভোঙান ভোঙলকই। পুম্নমক অসি লোইনা মায়পাকপা ঙাক্তম্নু ওইরকখিদে। মায়পাকপা নত্রগা পাক্তবতুগী অশোয় লোয়নগী অকুপ্পা ময়মশিং অদু মওং তানা পথাপ নাইনা বৈজ্ঞানিক ওইনা অমম্নুং ইতিহাসকী ওইনা নৈনখৎলকপদদি ১৮শুবা শতাব্দী লোইরমদাইদা হৌখিবনি। ১৯শুবা শতাব্দীগী ময়াই চল্লকপা অতুংদনীদি খাইদগী মওং তানা পুখোক্লরক্লে। অহুবু রিভোলুসনগী মচাকশিং অহু পুখোকপ। য় বা শক্তম লাক্লা, মক্ল ওইপ্রবা অরাংপা কয়াম্নু মেনশিন্দুনা তুংকোইবাকাওবগীদমক লোংনরকপ্রিবদি লেনিনি। রিভোলুসনদু আর্ট সাইন্স পুন্না ওইহন্দুনা তঙাই ফদবা খুংলাই অমা জাতি পুম্নমক্কী ওইহল্লমগি মহাক্নি।

লেনিন নৈখিত্রবা মতুঙদা রিভোলুসনগী কাঙলোন অশৌবা হাপকংলম্ন থর থরদি য়াওনৈ। অহুবু মক্তওইবা নিয়মদি অমত্তা য়াওদে। কনাগুম্না থরনা মাও সেতুংগী মিংম্নু পৈম্না। অহুবু মাগী রিভোলুসনগী থিওরিশিং অহুদি থর কুপ্পা নৈনক্নবদা বৈজ্ঞানিক ওইদবা ঙাক্ত ওইরম্মী। অহুপা সাধারন

ওইহনবা য়াবা (generalisation) থোক্লে। রাজনিতিগী শক্তিদি মোংসৈ চিন্দোন্দগী থোকই” হায়বহুমক সাইন্তিফিক ওইদে। “রিভোল্যুসন এক্সপোর্ট তৌগদবনি” হায়বসিমক্সু লাক্লি। অদুননা ১৯৮২ গী সেপ্তেম্বর থাদা কমখিবা ১২শুবা চিনা কম্যুনিষ্ট পার্টি গী কংগ্রেসনা “মাওইজম লাল্লমে চুমথোকখিবা তারি” হায়না য়ারেপ লৌখিবা।

রিভোল্যুসনগী কাঙলোনবু মওং তাবা পথাপ অবা ওইনা পুথোক্লম্বশিংগী মমুংদা ক্লে চ রিভোল্যুসনগী চেম্পিয়ন জর্জিস জেকিস দান্তোন (১৭৫৯ ৯৪), কার্লমাক্স (১৮১৮-৮৩) ফ্রেদরিক এঙ্গেলস (১৮২০-৯৫), লেনিন (১৮৭০-১৯২৪)। মসিমক্সু খঙবা তাই মহুদি মথোয়না পুথোক্লম্বা সাধারন অমদি অথৌবা (general and specific) ওইবা কাঙলোনশিং অসি ইন্দনা মীওইবগী ইতিহাসতা কনাগী নৈবাক্তসু রিভোল্যুসন অমত্তা মায় পাক্লক্তে, মপুংফা কারকখিদে অমদি মশকপু শেংঙকখিদে। মচু মতুঙদসু নৈনরকখিগনি।

## রিভোল্যুসনগী সাধারন ওইবা কাংলোনশিং
## (General laws of revolution)

১। অহানবদা: মনুংগী য়ান্দবা (Internal contradiction.)
২। মনিঙবদ : মপানগী য়ানদবা (External contradiction.)

অনি অসিগী মনুংদা অহাংবগীসিনা কেন্না মরুওই। অদুগি মনুংগী য়ানদবা হায়বসি করিনো?

মনুংগী য়ানদবা মচাক্তা তশ্বাইকদবা অদু:

১। ওবজেক্তিভ ফেক্তর (Objective factor):

পুক্নিং-ৱাখলগী ওইবা ভাবনা শাবা নত্তবা, পোংশকী ওইবা মচাক (পোংচণ্ড)

২। সবজেক্তিভ ফেক্তর (Subjective factor):

পুক্নিং ৱাখলগী ওইবা মচাক। (শোবু)

৩। তোপোগ্রাফিকেল ফেক্তর (Topographical factor)

লম্বী, খোং, চীং, এরোড্রোম, রেডিও ষ্টেসন, কেক্কচিংবা।

## ১। ওবজেক্তিভ ফেক্তর:

(রিভোলুসনদা থ্বাইদগী মরুওইবা মচাক)

মার্ক্সিজম লেনিনিজম্না মীওইবগী ইতিহাসপু য়েংবা "মেত রিএলিষ্ট ইন্তরপ্রিতেসন ওফ হিস্তরী" হায়বদুগী মতুংইন্না মীওইবগী ইতিহাস পুম্নমক অসি মীয়াম্না শেমজবনি, মখোয়গী থবক্কী ফলনি হায়বসিনি। তোঁবদদি মখোয়না ভাব তানা নত্রগা তাদনা ওইরবস্থ সমাজগী ইতিহাস শেম্মী। (Masses are makers of history-K. Marx)। অমুকস্থ "অথম্নবা ইতিহাসকী ফিভম থরদা" শেম্বনি। অসিগুম্বা মতম, মফম, ফিভম মতাঙ চানা পুল্লক্রবদা মীয়াম্না আনৌব অহোংবা অমগীদমক

মীখা পোখা লৈবাক্তু অমদি পোক্নবা কেপিতেলিষ্ট লৈবাক অনিমক্কী শীন্না লৌমী মীয় মথী শোকচিল্লবা পুঞ্জি ফেক্তিল্লকপগী লোয়নবা লমচৎ থাখল মাঙশিল্লকপা অদুম হেক্তং-লকই। নীঙবা থাম্বা অমদি কণ্ঠ'ওনবা ফিমমদু হেনবা ভোগশিল্লকই। পেল্লবগী ঊহৌ কৎথংলকই।

নাইঙোম নাইতোম নাও খোংনবনদগী মীয়াম পুঞ্জিমরকপা ওর্গেনাইজ ওইরকপা, খুঁভম খোমাং তৌহনা মশক মওং তানা লড়াই তৌরকপা হেল্লকই। অদুম্না পেন্নবগী খোম্লাওহ অপুবা শক্তি ওইনা মখি কোংলকই। থবক্কা মশক তাক্লকই। অসি-গুবা ওবজেক্তিব কেক্তর অসি ইতিহাসন' পুথরকপনি।

অসিগুবা ফিবম (objective factor) অসি নত্তক লেংবা লৈত্রবদি রিভোলুশন ওইথোক্তে। মথাং অসিদা লব্বা থাদবা অমনা ওনা কেজিমা অওম্ব পাম্বা থাঙবু অমগা (ultra left) থাখল্লা মমাঙ থাহনা (subjectivism) ওবজেক্তিভ কন্দিসন অসি লৈত্রবম্ভ, অহুগা লৈবগম্বু মহু মমুন থাদনা রিভোলুশন পাংথোকপা য়াই হায়না শক্লোকই। রিভোলুশন-শীদমক থওবা পামজবা (revolutionary will) অহুগা মহুশীথমক তৌথা তাথা হিংসানা (revolutionary violence) ওবজেক্তিভ কেক্তর থাওজগম্বু রিভো'লুশন পাংথোকপা য়াই হায়না শক্লোকই। মতুমি তাকনা পাংখা শাগৎপা, ইতিহাসকী থাঙলোন য়েংনবা পুক্নিংগী ইথিলদতা তোংখা থাখলগি।

মসিগুম্বা থাথল্লোন অক্লিনা মাকনিতিদা মকদ অখৌ

অমদি অনীশু অনীশুবতা থৌওবা থবক মতৌ (adventurism অমসুং voluntarism ) থাহল্লি। মখুনা মথৈবা মীয়ামগী মথোইদু তোখাই থাহনবকই ( self-isolation )। মখুগী ফলনা রিভোলুসন ফেল ওইরকই। মরমদি মীয়ামগী ওইবা থমদি মীয়ামা তৌগদবা লড়াইগী থবকপু অয়োবদা লৈবা মীওয় কাওদু অমত্তগী থকল অথৌগী থবক্তা মহৎ পীরকই। মখুগী চপচাবা ফলনা কাম্বা পুরকপদি লায়রবখুনা রিভোলুসন্দা মংথাক তৌবা থাহল্লি।

মমাংগী ইতিহাসতি অথরবা মতাং অমদা হেক্তমক শেমজিনবা য়াবা নত্তে। মমাংদা চংখিবা অহোংবশিংনা রিভোলুসনগীদমক পুরকপা ওবজেক্তিভ কন্দিসন, কায়বদি রিভোলুসনগী মফম, মতম, অবস্থা অমদি মৈহৎশিংবা মীয়ামগা জাম ভানা শেম শাবা অসিনচিংবা ফিবমশিং অসি লৈরবদা ইতিহাসপু মীয়াম্না শেম-দোকপা ওঙী।

মসিমখু থওবা তাই মচুদি মরক মরাগী মীওয় ( পিতি-বুর্জুবা ) শিংদি মহৌশানা অথাহু কন্দে। হেক্তা অহৌবী মক ফুক্তা হোংবা রাথমোন অমদি থবক চাক্তা তৌগনি; অদুনা মকম অমদি মতম পুন্নমক্তা চপচাবা রিভোলুসনগী থবক হাংজা হকথেংনবা পাম্মী ( petty bourgeois radicalism always and everywhere orients itself towards direct revolutionary action." (Y. Krasin, "Dialectics of revolutionary process." P. 99 ).

মীয়াম্না মীকপ থোকত্রিরৈ্ঙ, শোগৎপিরকল্লিরৈদা রিভোলু-সনগী থরভন্না হায়না চোংশিনলুবা হায়বসি অপঙবা তাবদি লাই-রহুনা মীহাং মীপুনগী ময়াল লৈবহুম ওইগনি হায়না লেনিনা হায়রম্মী— (Victory cannot be won with a vanguard alone. To throw only the vanguard into the decisive battle, before the entire class, the broad masses, have taken up a position either of direct support for the vanguard, or at least of sympathetic neutrality towards it and of precluded support for the enemy, would be not merely foolish but criminal."

—Lenin's Coll. w. vol. 31 P. 92-93.

কার্ল মার্ক্সকসু হায়—"রিভোলুসন হায়বসিদি অয়াম্বা মীশিংনা ভোগদবনি। পার্টি অমনা রিভোলুসন ভোবা ঙমদ্রে, মীয়ামভনা ভোগদবনি।" (...."The revolution will be made by majorities. No revolution can be made by a party, but only by the people." K. Marx.

অহুগা অময়োমদা শুবিধাবাদী ওইবা ভঙ্গে মাঙ্গে ভো-গনবা, থবক্তা খুং থানিংগন্দবা মশানদি অওনবা পাম্বনি হায়-জবা মীওইশিংনা অসিগুম্বা রিভোলুসন অমগী মাঙজোননা চঙ-দবা লৈভবা য়াত্রবা ওবজেক্টিব কেক্তরশিং অমিন্থু "ময়নাই লাক-চগদবনি, মভম্না পুরক্কদবনি, ঐখোয় ভাক্তা পংনোম নোম্মুবনসু

য়ারোই" হায়না মীয়াম খোমজিন তাশিনবা অমদি গন-তান্ত্রিক ওইবা লড়াই তৌবদগী অরৈ-অরা হাইদোক-হাইজিন তৌনৈ। মসিমসু রিভোলুসনদা বিশ্বাসঘাতকী শাজংনি।

লেনিননা হায়খি—"রিভোলুসন থোক্লগনি থোক্লোইদ্রা হায়-বসি ঐখোয়তগী নত্তে। অদুবু ঐখোয়দি ঐখোয়গী থবক লেপ্পা য়াদে, অদুগা থবকতুসু অরেম্বদা কৈদৌউদসু মাওলোই। থবক-তুনা মীয়াম মরক্ত গনতন্ত্রগী অমদি শীল্পীশিংগী নীংতম্বগী মরূ লূনা হুনগনি। অমতং মরূশিং অসি শোয়দনমক মতোন চোংঙ্গনি অদুগা হয়েংদি গনতন্ত্রিক রিভোলুসন অমা পোকনি নত্রগা হংচিংমা সোসিএলিস্ট রিভোলুসন মখৈ য়ানগনি।"

(Whether or not there will be revolution does not depend on us alone. But we shall do our work, and this work will never be in vain. It will sow the seeds of democracy and proletarian independance deep among the masses, and these seeds will certainly sprout and produce either a democratic revolution tomorrow or a socialist revolution the day after."

(Lenin, Coll, w.vol,18 p. 384

# ২। সবজেক্তিভ ফেক্তর

মখাগী মচাক খল্লা অসিনা সবজেক্তিভ ফেক্তর ওই :—
ক) মীয়াম্না রিভোল্যুসনবু খঙনা উনরকপা, মতুংগী মথক শেম শাদ-
রকপা, অয়োইবা কাওবা চপ য়ুংনা লেপ্পকপা (Revolutionary consciousness of the masses)
খ) অকনবা "ওর্গেনাইজেসন অমা" অদুগা অরৈবা শক্তি পুল্ল-
মক পুন্সিন্দুনা মীয়াম্বু মায়পাক্না থেংনহল্লপা।
গ) রিভোল্যুসন্দা মীয়ামগী লুচীংননবা দল অমা লৈগদবনি। দল
অসি লানফমদা লৈ ঈরুবা, মথৌ হাপ্লবা অমম্দুং মতুংগী জ্ঞান চপ
চানা লৈরবা, অদুগা অচুম্বা লাম্বোং অমদি পাথৈ পুথোকপা
ঙম্বা অমদি থবক্তদু ওহোকপা ঙম্বা ওইগদবনি।
ক) মীয়াম্না জ্ঞান তারকপা : রিভোল্যুসন অমগী অশেংবা থৌ-
বুদি মীয়াম্নি। অদুবু ওংপী-নৈবীয়বা মীয়াম অদুনা মখোইগী
কাংলুপকী রাখল" কাওরক্লিমথৈ নত্রগা মশাগী কাংলুপ মশক
খঙলক্লিমথৈদি রিভোল্যুসনগী মথি তারকখিরোই। মখোয়না
জ্ঞান তারকপদগীনি চপয়ুংবা রাখল, থৌনা অমম্দুং অয়োবা
থাক লাকদৌরিবা। অমুক অনিয়ক্তা নত্তনা কয়ারক মায়থীবা
নংলবকাওবদম্দু মখোয়গী থাজবা খক মাঙলোই। রাখল অম-
দুং নিত্তি চেৎনা লৈগনি।

অমুকদু মীয়াম্না রিভোল্যুসনগী রাখল লৈজরবদি য়াদে
হায়বসিগী মতাঙদা লেনিন্না অমুক হায়— "মীয়ামমরক্তা বিপ্লবিক

ওইবা রাথল পোক্লদনা অমসুং অসিগুম্বা রাথল অসি চাওখৎহল্লকপদু খুদোংচাহনবা ফিভম য়াওদনা রিভোল্যুসনগী তেক্তিস অমত্তা থবক ওইরক্লোই।" ("Certainly without a revolutionary mood among the masses, and without conditions facilitating the growth of the mood, revolutionary tactics will never develop into action.")

( Lenin, coll. w. vol 31 p. 63)

খ) ওর্গেনাইজেসন: ওর্গেনাইজেসন হায়বসিনা অসুকী মতিক মরুওইখ্রে মহুদি মসি য়াওদনা পাক চাওরবা মীয়াম অহু খোমজিন-তাশিন্নকপা ওইথোকতে। মুপা মুপী, নহা-অহল, পুলিস, মিলিতরি, অতৈ কর্মচারী পুম্নমকপু কাংলুপকী লড়াই নত্রগা নীংতম্বগী লড়াইদা চিংশিন্দুনা য়াওহল্লকপা ( involvment ) ওয়নবা মহুগীদমক কল্লবা অমসুং মরা চেৎলবা ওর্গেনাইজেসন দরকার লৈ। মহুদমক অফোংবা অমদি অয়োনবা মথল অনি থোক্লসু থাইদোকই। ( Legal and illegal forms of organisation .) মরম অহুনা ওর্গেনাইজেসন য়াওদনা রিভোল্যুসন ভোবা ওইথোক্তে। লেনিন্না হায়খি—"ঐঙোন্দা ওর্গেনাইজেসন পীয়ু, অহুগা ঐনা নখোয়দা রিভোল্যুসন পীগে।"

রিভোল্যুসনগী পার্টি অমনা মীয়ামগী পুক্লিং চিংশিন্দুনা কাংলুপকী অমদি রাজনিতিগী চেতনা (class and political

consciousness) পুরক্কবা, অহুগা রিভোলুসন্দা য়াওহল্লকবা মথাগী থবকশিং অসি ভঙ্গাই কদনা পায়খৎকনি। কোংনা লৈবা য়াম্রহুনা লোত্তুনা লৈবা তারগম্নু থবকশিং অসিদি তোকপা য়াদে :—

১। প্রোপেগন্দা যেচীনবী

২। ষ্ট্রগল (লড়াই)

## ১। প্রোপোগন্দাঃ— (ওর্গেনাইজেসন)

ক) প্রেসঃ চেকোং, মুখিং থুদিংগী, থাথাইগী, থাগী অসিন-চিংবা অমদি "বাল পোষ্টর", লাইরিক্কচিংবা।

খ) মিটিংঃ মিটিং মচা, অচৌবা, অকোংবা, অয়োনবা মিটিং

গ) ইলেক্সনঃ পঞ্চায়েতগী হৌরগা পার্লিয়ামেন্ট কাওবগী ইলেক্সন।

মথক্তা পীরিবশিং অসি রাজনিতিগী চপচারবা প্রেত্তকোর্ম অমমখি। মখোয়শিং অসি কোংনবু ওইরবত্তু লোয়বু ওইরবত্তু (পার্টি অমনা) তোকপা য়াদবা, চপ চায়া শিজিন্নদবা য়াদবা চাক ওই। মখোয় অনিমা ক্ষিভোল্যুসনগী অর্থ, মশিগী ভঙ্গাই-কদবা অমস্থুং পাম্দম পুম্নমক মীয়ামদা লৈনবগা য়োয়মনা লৈখিবা সমাজগী পথাপ, রাজনিতিগী ঐয়াং, সরকার অমদি অওং অনৈ তৌবা কাংলুপশিংগী মায়োক্তা লেংনগনি।

ইলেক্সনবু রিভোলুসনারী পার্টিশিংনা অরোইবা পান্দম ওইনা থক লৌদে। অনৌবা য়াওন অমা পুরক্কবা হোৎনবথকীদমক্তা ইলেক্সনবু থৃংলায় ওটনা শিজিন্নবনি। পার্লিয়ামেন্ট অমদি এসেমব্লিগী মফুংদা লিংশিনখ্রপা নৈহৎপীরবা কাংলুপকী নুংতম্বা ঙাক্লবা অমদি আধিক'র কমনবা, গনতন্ত্র ঙাকুনবা খেংনৈ। অহপা পর্লিয়ামেন্ট অমদি এসেমব্লিগী মপান্দা নৈনৌরিবা রিভো-লুসনরীশিংনা মপান্দগীম্ভু মতম অমতদা মীয়ামগা লোয়ননা লড়াই চঙশিল্লকনি।

লোতচুনা নৈবা তারগম্ভ রিভোলুসনরী পার্টিশিংনু মখো-য়গী মীহুৎ মমিং অমদি ফুকপ হোংদোকচুনা ইলেক্সন্দা কাহনবা হোৎনগনি। ইলেক্সনগী মরিদা এঙ্গেলসনা হায়রমী—"ইলে-ক্সন্দা নাহনমথৈ ঐখোয়দগী থাপ্তোক্না লৈবা মীয়াম অমা শন্নবা অনিতঞবা পাম্বৈ অমা ফংই। দল অতৈবু ঐখোয়না চৈথরকপদা মখোয় মখোয়গী বাথল অমদি থবক মীয়াম মমাঙদা শেংদোক্কবা য়ারোই"

(In election agitation it provided us a means second to none, of getting in touch with the mass of the people where they still stand aloof from us; of forcing all parties to defend their views and actions against our attacks before all the people,"

K. Marx. & F. Engels S. w. vol 1. p. 195

## ২। স্ট্রেগল (মীয়ামগী লড়াই)

প্রোপেগেন্দা কেম্পেইন তৌবগা লোয়ননা রিভোল্যুসনগী পার্টি অমনা অন্দরগ্রাওন্দা (লোৎতুনা) লৈরবা কাওবদস্থু মীয়ামগী অপুনবা সমস্তাশিংদা ভজন, আন্দলোন তৌগনি।

১। ইকোনোমিক স্ট্রেগল: মশিনা মী মথল থায়দনা জাতি-বিজাতি থিদনা কোয়বা অহানবা মথলগী লড়াইনি। হিংবগা মথৌ লৈনবা, খুৎশুমন হেনবগী, পোৎ-চৈ তাঙবগী শেঙ্গা-ধুমজা য়ুৎথৎপগী, ঐথৈ, লৌখে:ওশেম্বানচীংবগী অন্দোলনদা মীয়াম শয়বা অমদি য়াওহনবা ওগ্নী।

২। ইদিওলোজিকেল স্ট্রেগল: জাতি, নাং, কলচর, ধর্মনা তথী-রথা অয়ানবা বাথল, অন্ধবিশ্বাস, থিওরী কয়া থুগাইছনা ওসিগী মীয়ায়া বায়িবসি মীগী খুৎশেম্মি, অওং-অনৈ সমাজগী য়ুকম ওইবননি অমদি মীথা পোনবনমি হায়বা সিদ্ধান্তগী লড়াই অমা অওং অথম লৈত্তনা চত্তই। মতুংমা ইকোনোমিক স্ট্রেগলদা মীয়াম্মু লমজিংলম্বদগী অয়োক্পা য়াজনীতিগী লড়াইদম্থু থুং থায়রকনি।

৩। পোলিটিকেল স্ট্রেগল: য়েক্লবা কাংলুপ্না স্টেতকী শক্তি পায়খিবদগী অবাবা, পেন্দবা পুম্মক খোক্ল:রিবনি, মরম অতুংমা মখোয়গী মথৎতগী শক্তি মুন্নবা অয়োইবা য়াজনিটিগী লড়াই তৌগনি। ইলেক্সন থেংনবস্থু স্ট্রেগলনি। ইলেক্সন্না শক্তি মুন্নগী থুদোংচারবা লম্বী অমা নি।

মথক্কী লড়াই মথল অহুম অসি অমগা অমগা থানবা য়াদে। প্রোপেগন্দা কেম্পেইন তৌবগা লোয়ননা ষ্ট্রগল মথল অহুম অসি চংশিল্লকপদা মীয়ামগী পুক্নিং চিংশিল্লকপদা নত্তনা মশা মশান্থু য়াওনরক্কনি। কাংলুপকী অাত্তিগী বাথল কাওনরক্কনি। মশক থত্তক্কনি। মহুনা অরোইবদা রিভোলুসন্দা তারক্কনি।

গ) রাজনিতিদল: (রিভোলুসনগী খ্বাইদগী মরুওইবা সবজেক্তিভ ফেক্তর) রিভোলুসন হায়বসি রাজনিতিগী থবক্নি। রিভোলুসন তৌগে থোরকপা রাজনিতি দল অমা দরকার ওই। লৌবুক্তি মীয়ামগা ওইরগন্থু মীয়াম অহুম কাংলুপকী বাথল, রাজনিতিগী বাথল মথত্তা কাওজরকপা অহুগা ওর্গেনাইজেসন মখোয় মশা মশানা তৌজরক্লুনা রিভোলুসন্দা হেক্তা চংশিল্লকপদি নত্তে। পুম্নমক অহু তৌহল্লকপগী রাজনিতি দল অমনি। অহুত্তুরা রীভোলুসনগী দল অহুগী বৈজ্ঞানিক ওইবা রিভোলুসনগী থিওরী অমন্থু লৈগদবনি হায়না লেনীনা হায়রম্মী। ("Without a revolutionary theory, there can never be revolution. ....the role of vanguard fighter can be fulfilled only by a party that is guided by the most advanced theory" Lenin

অহুবু কা হেন্না অওবা পাম্বা, মপু মাইবগী পাথাপ অমত্তা মশক থত্তউ য়াদবা, হিংসাগী থবক্তুবু ইরাংপা কাংবুশিংনা রিভোলুসনগী দল অমনা রিভোলুসনবু পমজিংবা হায়বহ

রিভোল্যুসনারী দল অমনা রিভোল্যুসনবু লমজিংবা হায়বদু য়াদে। রেগিস দিব্রেমক্না হায় "ভেনগার্দ' পার্টি হায়বসি গুরেরিল্লা শক্তি অসিমক পার্টি হোগৎলকপনি........ রাজনিতিগী দলশিংদা মথা পোম্বা হায়বসি ভত্তায়কদনা তোকদবনি অদুগা মসিগুম্বা অশোম্বা রাজনিতিগী লুচিংপুরেলশিংসি মহুৎ শিন্দোকদবনি। ( The vanguard party can exist in the form of the guerilla foco itself........ it was necessary to discontinue all organic dependence on political parties and to replace these enfeebled political vanguards," (Regis Debray, "Revolution in Revolution ?" PP. 106-197)

মসিনা "লাইপোক্নী ওইবা লুচিংবা" থরথক্তবু ইক্নৎপা, গনতান্ত্রিক ওইদবা. কল্ট শাগৎপা, মীয়াম্বু গমচ্ছন্ন থাজহন্দবদা তারকই। অনৌবা যুগ অসিদা মসিগী অর্থ লোইনা লাক্লে

পার্টি অমনা মাপী ওর্গেনাইজেসনগী শক্তি অমদি মদুগী থবক্তা লোইননা থোরক্কবদি রিভোল্যুসন অম হায়বসি মথন্তা হৌজরকপা য়াবা ওইদে। তোথায় তোথায় তানা মত্রগা চোইজাইননা নীংগুক নীংগুকপদা হেক হেক মচি মচি হৌরবা মীয়ামগী নত্রগা লম্নায় মীওই থরগী থবক্তুদি ( Spontacity ) রিভোল্যুসন অমুক্তা তারক্তে। মখোই পুন্নমকপু থোমজিন্দুনা চপ মান্ননা পথাপ, কাংলোন কায়দমা লমজিংবগী থৌদাংছন্নি দল অমনা তৌগদৌন্নিবসি। অচুম্বা লাক্লোং, পাইস্থ অমসুং

মতম পুখোকপগী থৌদাংস্থ মখোয়না লৌগনি। শম্না হায়রবদা রিভোলুসনারী দল অমা য়াওদনা রিভোলুসন ওইথোক্তে। মসিনা সবজেক্তিভ ফেক্তরগী থ্বায়দগী মচি ওইবা শরুক্নি।

## রিভোলুসনারী পার্টি অমগী থৌদাংঃ

১। পার্টি অসি বিপল্লিক চেতনা (revolutionary consciousness) মীয়ামদা কাওহল্লনবগী পেরে নত্রগা ঈফুংনি (Fountain)।

২। পার্টি অসিনা রিভোলুসনগী ইদিওলোজী অমস্থং রাজনিতিগী ওইবা ময়োন্নী (central point)

৩। পার্টি অসিনা চঙশিল্লকইবা রিভোলুসন অমদি লড়াই পুম্নমক্কী অপুম্বা লাম্লোং লেপ্পা শক্তিনি। লড়াইগী শীল-লাঙবং, মী খোমজিন্না, কব্রি কব্রি হায়না খুত্তম চনশিন্না হাবগে নত্রগা লৌশিন্না হাবগে লেপ্পা মাগী মথৌনি।

৪। পার্টি অসি রিভোলুসনগী হেদকোর্টরনি। রাজনিতিগী শক্তি পুম্নমক রিভোলুসনগী মরীদা থুংশিন্ননবা মানা হোংলৈ।

৫। মীয়ামগী রিভোলুসনারী ওইবা থবক অমদি লড়াই কয়া হকথেংনুনা ওর্গেনাইজ তৌবা পার্তি অসিগী থবক্নি। "চঙশিনবগী মতাংদনা মহাক্না মাঙজিন থাগনি, হন্দোকপা তারকপা খোক্লগনা মীয়াম্বু কল্লমগনি।"

৬। অয়োয়বদা নৈহৎপিরবা মীয়াম পূম্নমক খোমজিন-ভাশিন্নুনা রিভোল্যুসনগী অয়োইবা পুঙকমগীদমক অঙৎ-অথম লৈতনা শেম-শাবা পার্তি অসিগী থৌদাংনি।

সবজেক্তিভ ফেক্তরগী মগুন (value) দি মানা রিভোল্যুসনগীদমক শাগৎচৈ হায়বসিদদগাক লৈতে। লৈরিবদি রিভোল্যুসনারী সিচুয়সন (রিভোল্যুসন তৌবা য়াম্নবা অবস্থা) লৈরিবস্থ মায় পাক্নবগীদমক পীজিন্নৈ, হায়বদি পুঙকম, মতম, কিবম খঙনা হৌবা ওস্মী হায়বসিদনি।

# ওবজেক্তিভ অমসুং সবজেক্তিভ অনিনা মরৈ মুল্লগা রিভোলুসন মায় পাকই।

সমাজ অমদা অঙৎ-অনৈ লৈরবা অমসুং মহু হেক্তিন্নকুবা, নৈহৎপিরবা কাঙলুপশুনস্থ মপীং য়াম্নবা অহু ওইরবদি য়াজ-নিত্তিদা ঊথিল পীরকই হায়বসি মথক্তা কয়া লৈনয়ে। অহুঙম্বা অঙৎ-অনৈগী অবস্থা অহুনা রিভোল্যুসনগী লম্বীদা থাজবা দল অহুনা থর হেন্না পাক শন্না লৈরবদি ওৎপি-নৈবিরবা কাঙলুপ অদুদা মশাগী কাঙলুপ অমদি য়াজনিত্তিগী রাখল কাওহন্নকই। মসিবু লেনিন্না ফেক্তর অনি অসি মহৈ মহৈ শহুম পীনৈ হায়-রম্মী (Subjective factor influences objective factor and vice versa) অনি অসি চপ চান্না মপুঙ

কারগা (মরৈ মূলগা) রিভোল্যুসন মায় পাকই। মহু লৈত্রবদি ওইথোক্কে।

অদুগা মসিমস্ত খল্লুবা তাই মহুদি ফেক্তর অনি অসি ইতিহাসকী ওইনা মতম চঙ্গনা শেম্মকপনি। খুদক খুদক্কী ওইবা শেম-শাহুনা লৈরবা (রেদিমেদ) ত্তি নত্তে। অমুকন্না অনি অসি থক থোং মাম্না লাকপিদে। অমনা কাম্না ঙমখৎনা অমদি হেক্লংনা মপুঙ কারকপস্তু য়াই। মহু মালেমসিদা থোকপ্রবা খুদম কয়া উত্রে।

অয়াম্বা ওবজেক্তিভ কন্দিসন্না কাম্না অমদি হেন্না থুনা মরৈ মূনগল্লি, সবজেক্তিভনা হেক হেক শোংখগল্লি, মরম অদুনা রিভোল্যুসন মায় পাকন্দে। লেনিন্না, মরম অদুনা হায়রম্মী "রিভোল্যুসনারী ওইবা ক্লাস্ত্শিং অসিনা মপাঙ্গল কন্না অমদি ত্তাঙ্গা লৈরে কায়দুনা ফেক্তমক রিভোল্যুসন থৌবা ঙমগনি হায়না খল্লুবা লানগনি। মীওইবা সমাজ অসি জ্ঞান ভাবা মাম্না, 'খুদোং চানা' চাওখৎপা পাম্বা কাঙবুগীদমক্তা লিংখৎপিবদি ওইরমত্রে। রিভোল্যুসন অমা চপ চানা মরৈ মূল্লবা য়াই, অদুবু মদুবু শেমজরিবা কাঙবুশিং অদুদি মদু পাংথোকপদা মতিক চাজদবা য়াই।" (........"It would be a mistake to think that the revolutionary classes are invariably strong enough to effect a revolution whenever such a revolution has fully matured by virtue of the condition of social

**and economic development. No, human society is not constituted so rationally or so 'convi-niently' for progressive elements. A revolution may be ripe, and yet the forces of its creators may prove insufficient to carry it out.„**

**( Lenin, coll. w. vol. 9 P. 368. )**

ওবজেক্তিভ কন্দিসন লৈরবদি রিভোলুসনগী ওইবা থবক ফনায়াম্বা হোংনহৌনস্ রিভোলুসন থোকহনবা য়াদে অমদি সমাজদা অহোংবা অমত্তা পূরকপা ঙম্মদে। অহুগা রিভোলু-সনগী ওবজেক্তিভ কন্দিসন লৈরবদি রিভোলুসনগী ময়াইবক পূম্নমক সবজেক্তিভ ফেক্তরদা লৈরে। মখাং অসিদদি পূম্নমক তঙ্গা হায়রমছু ওইরে। অসুম তৌহনা ওবজেক্তিভ ফেক্তরনা সমাজ অমা ওয়বগী চপচানা মরৈ মুন্নক্রবদা সবজেক্তিভ ফেক্তরনা অরোইবী থৌদাং লৌগনি।

## ৩। তোপোগ্রাফিকেল ফেকতরঃ

খুৎলায় পায়বা রিভোলুসন তৌবা ভারবদি মথক্তা পী-খিবা ফেক্তর অনি অসিদা নক্না য়খোয়গী হেক মথক্তদা লৈবাক মক্সুঙগী ওইবা দয়রকার অমদি তৌগলিক অবস্থানি। রিভো-লুসন তৌবা ভারবদি লৈবাক অহুগী চীং, পাং, হুয়েল, লম্মী,

থোং, এরোড্রোম, রায়ারলেস স্টেসন, তেলেগ্রাফ ওফিস, রেডিও স্টেসন বেঙ্কনচিংবা অসিনি। হায়রিবশিং অসিদি লৈবাক মনুঙগী রিভোল্যুসন নত্রগা কোম্নুং মনুঙগী শালহৌ) coup de-tat) নত্রগ। রাজনিতিগী নীংতম লভাই ওইরবস্নু নাকল অনি-মক্তা য়ায়া থুনা মুন্নরকদবা পোৎশক ওাক্তনি।

অহানবমক্তদা লম্বী-থোং হায়বসি জাতি অমগী থরাইনি। ময়ম অহুনা মরুওইবা লম্বী, লয়োং অমদি থোংজাওশিং অসি রিভোল্যুসনগী মতমদা নাকল অনিমক্তা থুনমক মুন্নবা হোংনৈ অহুম তৌরবদি য়েক্তবগী সপ্লাই লাইন ককনি, পোৎ অমদি মী থাজিনহল্লোই। য়েক্তবশিংনা পায়খ্রগনা রিভোল্যুসনরী-শিংগী খুদোং চীনিওাই ওই। ময়ম অহুনা মরু ওইবা লম্বী অমদি থোংজাওশিং রিভোল্যুসনগী মতমদা থুরেনখৈ খুত্নম চনবা ওমগ্রবদি থদংনৈ।

লানগী লাল্লোংগী ওইনা মরুম চাবা চীং, অচৌবা লোক অমদি ঈশিং ঈপাক্তচিংবস্নু খুংলায় পায়বা রিভোল্যুসন্দা রায়া মরু ওইখে। মখোয়গী মরুম থুপ্লগা ওয়েরিল্লা লাল্লোং চথবা, খুংলায় লোংকম অমস্নুং ত্রেনিং তৌকম, অশোক অপন লায়েং-কম ওই।

রায়ারলেস স্টেসন, তেলিগ্রাফ ওফিস, অমদি রেডিও স্টেসন অসিস্নু ঈ-পাও অথুবা থাদোক থাজিনগী থমক কায়বদা নত্তনা মীয়ামগী পুক্নিং কনথংহন্নবগী নত্রগা শিথহন্নবগী, মীপাই-হন্নুনা রিভোল্যুসন্দগী হন্দোকহনখিনবগী মরুওইবা খুংলায় ওই।

মরম অদুনা মথোইশিং অসিস্না য়াম্না থুনা খুদুম চনশিন্নবা ভাদৈ। ঙমজগা থুগায়নৈ। করিগুম্বদনা কাওন্টর রেদিও স্টেসন অয়োম্বা মকমদা থাংদোক্কে।

এরোপ্লেন হায়বসিস্না রিভোলুসনরীশিংদা খুদোংথিনিং-ঙাই ওইবা পোৎশক অমনি। মায়কৈ মায়কৈগী লম্বী থোং ককথৎপা নত্রগা খুদুম চনশিন্বা ঙম্বকাওবদসু এরোপ্লেন অমনা য়েক্নবগী মথুক্তা লৈখ্রবদি সিকাই, থুংলায়. চিঙ্গাকুচিংবা লেপ্তুনা থাজিন্নকুবগী পাম্বৈ ওই। মতুংদা নত্তনা এরোপ্লেনশিং অদু শীজিন্নদুনা প্লেন অমদি হেলিকোপ্তরশিংনা রিভোলুসনরীদা অয়াবা পী। মরম অদুনা এরোপ্লেন হায়বসি খুদুম চনশিন্বদা ওইথোকত্রবদি থুগায়ননবা কন্না হোৎনৈ।

বেঙ্ক হায়বসি জাতিগী ঐ চেলহল্লিবা মরু ওইবা শীংলিনি ( nerve line ) হায়না ইকোনোমিস্টশিংনা প্রমান তৌনৈ। মসিদা শেঙ্গাও পায়বা অমদি য়ানদবা সরকারনা চাওনা খুদুম চম্বনা রিভোলুসনগী মতমদা মীয়াম প্রজাদা য়াম্না অয়াবা পীবা ঙম্মী।

অনৌবা ঙসিগী য়ুগতা মীরক্তগী, য়ুম্নক্তগী গুয়েরিল্লা ভেকতিস চথৈনৈ। মসিবু উরবান গুয়েরিল্লা ভেকতিস হায়না খঙনৈ। মসি য়াম্না লু্বা চয়েৎনবা লল্লোংনি। ওবজেক্তিভ অমদি সবজেক্তিভ ফেক্তরনা অরৈ মুক্তবদি মসিগী ভেক্তিস অসি করিমত্তা কায়দে। থরদংদা শোয়খিবদা থুংলায় পায়দুনা লালহোৎবশিংবু মীয়ায়া যানয়ক্কে। মরম অদুনা ভোপোগ্রা-

কিকেল কেক্তরশিংনা খুংলাগ পারহুনা লালহৌবশিংদা খুদোং চানা লৈত্রিবৈদা হাম্না খুং থোক্লোইদৌবনি। ওর্গেনাইজেসন্ কম্না চুম্না লৈরগা পুম্নমক্সি কগদবনি।

## রিভোলুসনরী সিট্যুসনঃ

### (রিভোলুসন ভোননবা কিবম)

রিভোলুসনগী মাঙজোননা দরকার লৈবা মচাকশিং— (**precondition of revolutions**) ওবজেক্তিভ অমদি সবজেকতিভ কেকতর অনিমক) লৈবদা নত্তুনা কজনা মমুন কাহুনম্মু রিভোলুসনরী সিট্যুসন (**Revolutionary situation**) হায়বহু ওইরক্লিবমথৈদি রিভোলুসন ওইথোকতে হায়না লেনিন্না হায়।

রিভোলুসনরী সিট্যুসন (রিভোলুসন ভোবা য়ারবা কিবম) লৈরক্লে খঙননবা ইঙ্গিং অহুমখক (3 symptoms of revolution) লেনিন্না পীরম্মী। মহুদি (১) অহোংবা অমত্তা পুরকতনা শাসন ভোরিবা কাংলুপ্না মখোইগী শাসন চালাইবা য়ারক্লবদা; মওঙ অমদা নত্রগা অমদা মথক থোংবা কাংলুপশিংগী মরকতা ক্রাইসিস থোকতুনা মঙী চৎনরকপা, মহুদা ওৎপীরবা কাংলুপকী পেন্দবা অমদি অশাওব কাপথোরকপা। রিভোলুসন অমা পাংথোকপদা মথা ভানা লৈরিবা কাংলুপুনা.

হায়গী অরিবা পুন্সিদা হিংনিংঙক্তবকচ্না মতিক চাদে। মথক লোংবা কাংলুপশিংশু হায়গী অরিবা পুন্সিদা হিংবা ঙম্মকতই-রবনি।

২। ওৎপীরবা কাংবুশিংগী অরা অনা অমদি অরাংপশিংমু হৌখাদনা হেন্না শাথিনা চেঞ্জিনকপা মতমদা।

৩। মথক্তা শীরিবা মরমশিং অসিগী কল ওইনা মীয়ামগী ইচৌ খল্লবা য়াদনা হেঙ্গৎলকপা; মখোই অসি কন্নিমক্তা হেন্না তৌরদনা শান্তিগী মতমদদি কিয়ুন-চাকমুনবনথিবনি, অদুবু ঈরাং চৌরক্লবা মতমসিদা ক্রাইসিস অসিগী অবস্থানা অমদি মথক লোংবা কাংলুপশিং মশামক্তা মখোইবু মনিংতম্বা থবক পাইথংহল্লক্লবনি।

অসিগুম্ব' ভরং ভরং ওইরক্লিবা থৌংবশিং অসি কন্নামক্তগী অপাম-পামদগী মথা পোন্দ, লনাই ওইবা থুৎপুশিং; শার্টিদ নুক্তনা মুচিংবা ওইরবকাওদস্ত্র। অসিগুম্বা থৌংবশিং অসি য়াওদনা সাধারন নিয়ম অমা ওইনা রিভোলুসন ওইথোক্তে।

রিভোলুসনগী সিটুয়েসন হায়বসি রাজনিটি অমসুং সমা-জগী ওইবা অবস্থা চারক্তবা মরাম অমগী মপুনবা শক্তম অমা ওইরকপনি। মসি থোরকপগী মতংদু পংলায় লায়রবা অমা ওইদে। হৌরবা চহি ৪০০ অসিদা থোকখিবা রিভোলুসন কয়া কয়া অসিগী ইতিহাস হেংউরগা রিভোলুসনগীসিটুয়েসনগা হান্ন'-হান্না কাউরক্লগা রিভোলুসন লাকথি হায়বসি শেংনা উবা ফংই।

লেনিনা ইরমী— "রিভোলুসনশিং অসি কৈদৌঙৈদসু তৈন্নারিদা হেক্তা শেম শাববা ম্লাক্তা ওইনা পোক্লক্তে। মখোই অসি জুপীতরগী মকোক্তগী চোংথোরকপসু নত্তে; থুদক্তা মৈবী হেক্তা চুথংলকপত্ত নত্তে। মখোই অসি থোরক্লিঙৈদা মতম পুরক্তা লৈতাকঁম থঙনদবা, ক্রাইসিস, অশংলৌম, লানহৌথা, রিভোলুসনগী অহৌবশিং অসিনা হান্না মাঙ থারকই। অদুবু ইকোন কোমবগী অসিদি রীভোলুসংরী কাংলুপনা মতিক চানা কক্সবদি মমৈথংদা রিভোলুসন ভাদে।" "Revolutions are never born readymade, they do not spring out of Jupiter's head ; They do not kindle at once. They are always preceded by a process of unrest, crises, movement, revolts, the beginnings of revolution, the latter not always developing to the very end if, for instance the revolutionary class is not strong enough."

Lenin, Coll. w. vol. 21 p. 451

অদুবু চিনাগী মাও সেতুং, ফ্রান্সকী রেগিস দিব্রেনচিংবা কয়াদি রিভোলুসনগী সিটুয়েসন গী দরকার লৈতে হায়না লৌই। "মাওইজম" অমসুং কোকো থিওরীনা থুংলায় পায়হুনা লান-হৌবগী থবক্তা থাইদগী মকওইবা রিভোলুসনগী থবক্তি হায়না লৌই। "রাজনিতিগী শক্তিদি নোংমৈ চিন্দোলগী থোকই"

অচুনা খুংলাই পাম্বশিং থরম্ভনা চুমচুনা লৈরিবা মীয়াম অসি খোমজিন-তাশিনবা ওমগনি অমসুং রিভোলুশনরী সিচ্যুয়শন মরনাই লাকচগনি হায়না লায়না লৌই। মাওইজম্না থম্মা হেম্না থাজরিবদি "ভোলন্টেরিজম" হায়বদি "থিওরী ওফ কোর্স" হায়বসিনি।

মখোয়গীদি সবজেক্টিভিজম্নি। রাখলনা মমাঙ থাচুনা ভাবিনা পংশা শাবা থীওরীনি। তরং তরং লৈরিবা অবস্থাগা (reality) মরী অমত্তা লৈ-দে। মসিমক্নু মখোয়না লৌদে মচুঁদি সবজেক্টিভ ফেক্টরনা হৌজিকমক ওইরিবা ফিভম অসি শাগংবা মতে। রিভোলুসনরী সিচ্যুয়শন হায়বসিদি অবজেক্টিভ ফেক্টরনা হোৎনবা-ওন্থকপদগী পোকপনি। অবজেক্টিভ ফেক্টরগী মাইওন্দু থত্তবা ওন্নবদি চুমচুনা পুবা য়াই, অদুবু নিপা অমনা নীংবা পাম্বা মতুংইন্না হোংদোকপা অমসুং নৌনা অমুক শেম-দোকপদি য়াদে। ("A revolutionary situation is not created by the volitional actions of revolutionaries; It springs from the development of objective situation, which can be influenced if its trends are known, but which cannot be changed and refashioned at one's own subjective will ")
Y. Krasin, "The Dialecties of revolutionary process p. 103"

রিভোল্যুসনগী অমা হায়বসি মতম লৈবা খিনিক্তা মশা খিৱনা তিক তিক লাউনা লৈ হায়বসিমদি পুন্নমক্না য়েংনদে, অহূবু মাগী থবক মওং অমদি মাইকৈদি ওবজেক্তিভ সিত্যুসন্না লেপ্পী। মরম অদুনা রিভোল্যুসনগী সিত্যুসন লাক্লিবদা অদুদি লাইংপুরেলশিংগী (রিভোল্যুসনগী ভেনগার্ড) শক্তি পুন্নমক, রাজনিতিগী শক্তি পুন্নমক খোমজিনবা অমসুং মেনিং পীবগী থবক্তা মপুং ফাইনা মাইপাক্নবা লৈগদবনি। মেনিংদি মীয়াম্বগী লড়াইনা (mass struggle) মপুংফনি। ওর্গেনাইজেসন কন-থৎপনগনি।

রিভোল্যুসনগী সিত্যুসন অমা থরে মুৎকপা হায়বসি কুপ্পা লেংবা অমা চত্তই। রিভোল্যুসনগী পার্টি অমনা মাঙ্গা মশা শিংথাঃ লালথং থুনা হোৎবা তবা, ওইরকইবা হোংলকইবা অমত্তা পুন্নমক কুপ্পা লৈমদুনা মশক কেপ্পা ওবা অমা দরকার ওই।

# রিভোলুসনগী পুঙফম লাক্লবদা মী অমত্তা তুমিন লৈনরক্তেং

রিভোল্যুসনগী পুঙফম য়োৎরক্লবা শুংশংনরকপগী মৈয়ী কনথংলকপদা মী খুদিংমক মাগী মাগী খোঙলেপকম থিম-রকই। তুমিন লৈবা ঙম্নরকতে। সমরোয়দা ষ্টেটকী শক্তি

পায়রিবা কাঙবুনস্ রিভোল্যুসনগী ঈহৌ নমথনবা পুলিস, মিলি-টরী শীজিন্নবদা নত্তনা কাউন্টর-রিভোল্যুসনগী "খুৎ" শক্তি অয়া ওইনা শেংমগৎলকই। প্রোপেগণ্ডাগী লমদগী হেন্দোকচুনা খুৎ কাওবা রিভোল্যুসনরীশিংগা থোক্কে। কাউন্টর-রিভোল্যুসন হায়বসি ইতিহাসতা উৱকখিবদা সরকার পায়রিবা কাঙলুপকী খুৎশেম্নী। মপাঙ্খোংদা কনা য়াম্না মনীংতম্বা, কনাগস্ মরী কৈনদবা মায়-নবা কনা কম্না হোৎনচুনস্ সৈট সরকারগী লিলা হেক হেক ওইপল্লি। য়ানত্রবদা মখোয়গী খুৎ য়াওই হায়বসি মীয়াম্না থুনা হেক্তা কানরকই।

অহুবু সমাজগী মনুংদা লৈরিবসি কাঙলুপ অমসি কৈরোন মথল য়াম্মী। রিভোল্যুসনগী মতম য়ৌরক্লবদা মশা মশাগী স্বার্থ (ইন্তরেস্ত) মাঙগদবা নত্রগা ফংগদবা য়েংনচুনা পুক্নিং বাথল কোংদোক্লমকই। মহুদগীস্ হেন্দুনা মশা মশা চোংথোকচুন-কাওবা য়াওনথংলকই। থরনা রিভোল্যুসন্দা, থরনা কাউন্টর-রিভোল্যুসন্দা।

থাক্নদগী মশীং য়াম্বা য়ামলু নীংজিং-মাঙজিমগনবা কাঙলুপ্পি সহরগী ময়াম ওইবা কাঙলুপ্পি। (Petty bourgeois or middle class— the most vacillating class)। অহুগা থাক্নদগী তুমিন লৈগম্বা মাম্বা, মমুঙদনা অকম্বা পুক্নিংগী ঈহন পীবা কাঙলুপ্না লাইরিক-লাইত হৈবা কাঙলুপ্পি (Intelligentsia-the ideological guide for both the revolutionaries and counter-revolutionaries)

অভোপ্পা কাংলুপ অমনা লৌমীনি। মশাগী লৌ থরা লৈজবা লৌমীনা লমচৎ অনি লোঙই। হায়বদি শেঙ্গাও পায়বা, লৌয়াম চাবা, অমদি স্টৈটনা মখোয়বু ওৎলি। মতমসিদা ওৎপিরবা কাংলুপ ওই। মখোয়দগী থর হেন্না লায়রজবা শীংলং ব্লৌমীগুম্বা হাভে হাভেদা চাজবা কাংলুপপুনা মখোয়না অমুক ওৎপি। মরম অদুনা রিভোলুসন অমা লাকপদা লৌমী অসি য়াম্না খুদোংথিবা ওই।

ঐ খেগৎলকইবা নহারোল অমদি ছাত্রশিংদি রিভোল্যুসন লাকপদা য়াম্না খুদোং থীগন্নি। কাওন্টর-রিভোল্যুসনগী নক্সগা অলট্টা লেকট্কী ( extremism ) রাখল্লোম্না লায়না হুমহুনা পুগন্নি।

অরোয়বদা খ্বায়দগী মরু ওইবা কাংল্যুপতি শীপ্পী কাংল্যুপ্নি। অমুকন্সু মখোয়গী মনুঙদা সর্ব্বহারা ওইবা কাঙল্যুপ-তুনি। মখোয়গী পুক্সি, সমাজদা মখোয়না লৌরিবা থৌদাংনা মখোয় অসি খ্বায়দগী রিভোল্যুসনয়ী ওই। অদুবু ইন্দস্ট্রি চাওখৎল্লিবা লৌউ-শিংউনা মপুঙ ওইবা, ললোন ইত্তিকী কাঙবুনা ইকোনোমীদা অকম্বা থৌদাং লৌবা লৈবাকশিংদদি শীপ্পী কাঙ-ল্যুপ শোঙ্গবদা নত্তনা রাখলস্সু চোয়জায়নহন্নি।

মরম অদুনা মথক্কী মীওয় কাংল্যুপশিং অসিনা রিভো-ল্যুসন অমস্যুং কাওন্টর-রিভোল্যুসন্দা য়াওখৎনরকপসি ভঙায়-কনরক্কবদগীনি।

রিভোল্যুসন ভৌপদবা কাংল্যুপ্পা মখোয়গী পান্দম (১) নীংতম

লড়াই, (২) গনতন্ত্রিক রিভোল্যুসন (৩) সোসিএলিস্ট রিভোল্যুসন অসিনচিংবগী পান্দম মুন্না খওনা মতুদা পুনফম থোকপা কাণ্ড-ল্যুপ মীচঙ থিগনি। সমাজ অমদা ইতিহাসকী তাকপা পীরক্লিবা অসাংবনা রিভোল্যুসন মখল লেপকনি। মতুদা মথক্কা পীখিব্রা কাণ্ডল্যুপ অমদি লৈরোন ময়াম অসি মীচঙ ওইনা (ally) কাজিনগনি। লৈবাক অমগী মশীং য়াম্বা প্রজা খোমজিন্দনা "ওবজেক্তিভ ফেক্তর" মরৈ মুন্নে, মপুঙ ফারে হায়বা য়ারোই। "মরু ফুক্না হোংবা অওন্না" পুরকপা রিভো-ল্যুসনগী এলারশিং অসি পুনশিনগদবনি।

# রিভোলুসনগী লৈবাক মপানগী ওইবা মচাকঃ

(এক্সতর্নেল ফেক্তর)

প্রকৃতিদা থোকপা রিভোল্যুসন ফাওবদা মপানগী ওইবা মতেং, খুং নত্রগা ইচঙ থোহনবা, ময়াম কাহনবা মচাক (External stimuli) অমদি অতুম্মক মচঙই। ঐশিংনা মনিল নত্রগা তুন ওবসি মপানগী অইং অশাগী চাংননী। য়েরুমদগী য়েন্নাও ভারকপস্থু মপান্দগী লেপ্তুনা পীশিল্লকপা অশাবগী চাংনা মরু ওইনা থোদাং অমা লোই। কৌ, গেহ্ন, মরু মরাংনা মতোন চোং-ঙকপস্থু মপানগী ওইবা অইং অশাগী শক্তি চঙই। অতুবু মসুঙদা য়াওরিবা পোংশকতুনা থুরাম পাম্বা জীব ওইরগনা

সেল মরাম ( cell ), পাম্দবা ওইরগনা এতোম মোলিক্যুল মরাম অদু ওম্বনী। মনুঙদা মচাকশিং অসিনা ওন্নক্রুগদি ঐখোয়না পাম্বিবা পোৎতু ওইদে। মখোয়শিং অসি ওন্নক্নবা মতেং ওইনা মপানগী শক্তি ( খুৎ ) থরসু অদুম্বক দরকার লৈ।

নমথবিরবা সমাজ অমগী নত্রগা লৈবাক অমগী মনুঙদা লৈরিব খ্বায়দগী মশীং য়াম্বা মীমায়ত্রবা গুরি নোম্বিবা মীয়াম অদুনা লেঙ ওন্নক্ত্রিবা, চোংথোকতুনা অওবগীদমক দায় লৌরক-ত্রিবকাওবদি লৈবাক অদুনা ওম্বগী রাকম লৈতে হায়না মৎকী পন্দুপশিংদা লৈমখে। অদুবু মপান্দগী মতেং থরসু মখোয়না ওঙ্গরকপা ওম্নবা দরকার লৈ। খুদম ওইনা বুদ্ধী লৌশিং ( এস্পেরিএন্স ওফ রিভোল্যুসন ), সিদ্ধান্ত অমসুং ফিলো-সোফী ( ইদিওলোজী এণ্ড ফিলোসোফি ), শেনথুম অমসুং থুজু-থুংলায়, অতৈ হাকথেংনদবা মতেং কয়া।

রিভোল্যুসনগীদমক থেংনয়ক্রিবা শক্তিশিংনা মখোয়গী মথক্তা নম্বরিবা সমাজগী কুয়োম থুগায়নবা, অতৈ-অনৈ য়োকথৎচরিবা শাসক দলগী শক্তি কুতোক্লমবা রিভোল্যুসন্দা মপুঙ ওইনা মায়পুনগদৌরিবা গুরি নোম্বিবা কাঙল্যুপকী জাম্না মপাঙ্গল অমসুং অতৈ মতেং পীননবা মপানগী মতেং দরকার লৈ।

অসিগুম্বা মপান লৈবাকী মতেং অসি মথল অনি থোকই। (১) হকথেংনবা ( ডাইরেক্ট ), অমসুং নাকোইনবা (ইন্ডাইরেক্ট)। রিভোল্যুসনবু শোৌগৎপা মপানগী শক্তি অমা নত্রগা থরনা কোংনা নত্রগা লোম্না শেন-থুম, থুজু-থুংলায়, হিদাক লাংথক,

চিঙ্গাক, ফিরোলনচিংবা মতেং পীরিবহু হাকথেংনবা মতেংনি। করিগুম্বদা অগিগুম্বা মতেং অসিদি প্রোৎচৈদা নত্তনা মী কাওবা থাহনা পাংনবা য়াওই।

অদুগা নাকোইনবা মতেংনা (Indirect help or support) রিভোলুসন তৌরিবা লৈবাক অদুদা রিভোলুসন্দুবু নমথনবা অতৈ লৈবাকশিংনা মতেং পীহন্দবা। দিপ্লোমেসী, মিলিতরি অমদি অতৈ পাইস্বনা থিংবা অসিনি। লৈবাক মমুঙ অহুদা রিভোলুসন তৌরিবা কাংবুনা মঙম শায়া অমদি লাকচরপ্না চঙশিল্লকপদা মপাংগী শৌগৎলিবা কাংবুনা মপানগী ওইনা ঙাকশেনবা অমসুং অরাৎপা মতেং পুম্নমক পীববুনি।

শোক ১৯১৭ তা থোকখিবা গ্রেত ওক্তোবর সোসিএলিষ্ট রিভোলুসন অসিদা মতেং পীবীনবা মপানগী লৈবাক কনা অমত্তা লৈখিদে। অহুবু মহুগী রিভোলুসন অহু মায় পাকহন্নবা মপানগী মতেংদি পৃথীবীগী অহানবা লাঙ্গাওনি। সম্রাজ্যবাদী লৈবাক ময়াম্না মালেমসিগী চাওখত্রিবা লৈবাকশিংবু মথোইগী মরক্তা নৌনা অমুক য়েস্নোকুবা মুম্নরকপদা লাঙ্গাও অসি থোকখি। রাসিয়ামক্ক সম্রাজ্যবাদিনি। অদুনা লাল অহুদা য়াওরম্মী। মহুগুম্বা লাল অহু থেংনরিঙৈদা লেনিনগী লমজিং মথাদা রাশিয়াগী বোলশেবীক পার্টিনা রিভোলুসন পাংথোকখি। মথোয় মশেল লাস্নেংনরিবা সম্রাজ্যবাদীশিংহুনা মথোয় পুম্নমকপু নোংময় নমথরগদৌরিবা রিভোলুসন অহু থিংবা ঙমখিদে।

অসুম্না সোসিএলিষ্ট রিভোলুসন্না মায় পাকপদা ঙাইরিবা

সোভিয়েত য়ুনিয়না এশিয়া, আফ্রিকা অমসুং লাতিন আমেরিকা গী লৈবাকশিংদা নীংতম রিভোলুসনগী ইনোং হাপ্লকই, মপাঙ্গল-মরোশিং, লমজিং অমদি অতৈ মতেং কয়া পীরকই। মাগী মতেংনা চীনাগী নীংতম রিভোলুসন মায় পাকখি। পৃথীবীগী অনিশুবা লাঙাও লোইরমদাইদা য়ুরোপকী লৈবাক তরেত্তা (৭) নিংতম লড়াই অমদি পিপলস দিমোক্রেটিক রিভোলুসন মায় পাকহনখি।

আফ্রিকাদা রাজনীতিগী মনীংতম্বা ফংহনা ওসি লৈবাক অমা ওইনা লেপচরকপা আঙ্গোলা, মোজাম্বিক, গিনিবিসো, বেনিন, কোঙ্গো, লিবিয়া, অলজিরিয়া ইথিওপিয়া, মাদগাসি-নচিংবা অয়াম্বা লৈবাকী নীংতম লড়াইদা সোভিয়েত য়ুনিয়না মতেং পীবদা নত্তনা মপানগী চৈঙাকস্থ ওইরি। লোংপোকর্ম্মন ক্যুবানচিংবা সোসিএলিষ্ট লৈবাক পুম্নমক্না মতেং পীরি।

অমুম্না লাতিন আমেরিকাদস্থ ক্যুবান-চিংবা লৈবাক কয়াদা পীখি। ওসিদি ক্যুবানস্থ আঙ্গেলা, নিকার গুর'নচিংবা কয়াদা পী। নিকারাগুর'নস্থ হন্দুরাস, অলসালভাদোরনচিংবা দা পীরি।

ঐখোয়গী ভারতবর্ষনকস্থ পেলেষ্টাইন লিবরেসন ওর্গেনা-ইজেসন অমস্থুং থা আফ্রিকাগী নীংতম লড়াই ভৌরিবা কাং-লুপ্তা মতেং মথল শুনা পীরি।

অমরোমদা রিভোলুসনরীশিং অসিবু নমথরিবা রিএক্সনরী ওইপ্রব', অওনবা পামদব', অশেংবা পনহন্ত থম্লিংদবা লৈঙাকপা

থৌবু অমদি কাপ্তলুপ কয়াম্ভ সম্রাজ্যবাদী আমেরিকা, গ্রেত বৃটেন, নোংচুপ জর্মনচিংবগী মতোং কোংনা লৌদুনা মালেমসিগী মফম পুম্নমক্তা রিভোল্যুসনশিংবু নমথরি। মসিগুম্বা রিভো-ল্যুসনবু নমথবগী থবক্তা য়ুনাইতেদ ষ্টেটস ওফ আমেরিকা (য়ু, এস, এ,) না থ্বায়দগী হেন্না থৌদাং লৌরি। রিভোল্যুসন শজোরকপা, পাংথোরকপা থিংননবগী মথিংদা মহাক্তা মালেমগী মফম অয়াম্বদা মিশিংত্তরী বেজ ১৫০০ হেন্না থমগ্রে। থ্বায়দগী হেন্না থুংশায় চায়্যা শাগ্রে। নিউক্লিয়ার লানগীদমক্তকাওবা শেম শারক্লি

মতুদম্ভ নত্তনা রাজনিতিগী মীংতম্বদি কংগুপা মশাগী ইকো-নোমীগী মনীংতম্বদি কংগ্রিবা চাওথংত্রিবা লৈবাকশিংদা লৌ (চক্তি) থাংবা শ্রেনগী শেন্থং অমসুং মিলিতরীগী মতোং পীশিল্লি। অদুগুম্বা মতোংশিং অদুগী পান্নবা লৈবাকশিং অসিগী সরকারশিং অদু মথোয়গী থুদমদা লৈবা হংলাই সরকার ওই-রক্লি অদুগা লমদশিং অসিগী মনীংতম্বা ইকোনোমী শেমগৎপা ঙমহল্লে।

মতুদম্ভ নত্তনা লৈবাক মঙুংগী শাসনগী থবককাওবদা থুং থিংজিল্লি। থুং থিংজিনবদা মুণ্ডায়নবা অমদি থুদেংচানবা "মীমুংশি চাউবা" কয়ার ওইবা শেন্থং পীবগী, শেম শাগৎ-পগী (দিভেলোপমেন্ট), কলচর শজোকপগী, লাইরিক লাইশু তম্বীবগী ভোগ্রান-ভোগ্রাংবা ভল্যুন্টরী সংস্থান কয়া কাওবা থাজিল্লকই। ধর্ম্মগী ওর্গেনাইজেসন কাওদ রাওশিল্লকই লায়রা রবা,

চাওথংল্লিবা অমদি লাইরিক হৈত্তবনা মশীং য়াম্লবা লৈবাক লাক্তনিনা অসিগুম্বা ওর্গেনাইজেসনশিং অসি মমাগ পাক্লা শন্দোক্লকই। খোঙকম চেংনা লেপ্লকই। মরু ভানা চেংনা লৈরক্লবদদি লৈবাকশিং অসিগী ব্যুরোক্রেত অফিসারশিং কাওবা থুদুম চনশিল্লকই। অদুগ শ সন্দগী থবক কাওবদা থুং থিংজিল-লকপা ঙম্মী। অদুগা অওবগী মায়কৈদা হৌজরকপা, গনতন্ত্র কন্নবা মীয়ামগী ইহৌ পুম্নমক নমথবা ঙম্মী। সম্রাজ্যবাদী আমেরিকাগী থায় ত্তগী অমুক লা ঋ'কপা য়াদনবা হোংলরকই।

অদুগা পুম্নমক অসিগী শীল-লাংইবা মপুনা সি, আই, এ, মলতি নেসনেল কোরপোরেসন (এম, এন, সি,) (মল্তিনেস-নেল হায়নবু খঙনবা) কয়ানি। থায়গী মকোক্ত সি, আই, এ, নি।

য়ালেমসিদা চাওথংল্লিবা লৈবাক কয়াদা ফনমক কাচিন কোয়া ওইদুনবু অওং অচৌবদগী, হিংবদ' থো' মাগ্নদবদগী, ভাবিগী মিংদা, কলচর কল্লু, জাতিগী শক্তম ঙাকউ হায়বগী পেন্সবগী ইহৌ হেক মমি ভম্মকপগা সি, আই এ, হেক্তা য়াওরম্মী। লৈবাকশিং অসিদা পাল্লিবা সরকারশিং অদুনা সম্রাজ্যবাদী আমেরিক'গা য়ানদবা, নত্রগা মনী'ভম্বা ফোরেইন পোলিসী চংচবা পাম্ব ওইরম্বগদি সি, আই, এ. অমসুং মলতি নেসনেল কোর্পোরেসনশিংনা পেন্নদবগী ইহৌশিং অসি লাক্লবা ইনশিল্লি অমদি শোগংলি। লৈবাকশিং অদুগী মনীংভম্বা সরকার অদু লোথোকই নত্রগা মচেং ভাননবা শীল্লি। মসি ওসিদি পৃথিবী

পুম্নমক্লা খঙনরবা রাফম্ন্নি। মখোয়না শৌগৎপা ঈহৌদি কাওন্টর রিভোলুসন ঙাক্কনি।

মরম অদুনা ঙসিদি শেংলে মতুদি রিভোলুসন অমা মালেমসিদা শেংনা তৌরকপদা মপানগী খুৎ অমা মচঙই। তৌবদবু মতেং অদু ইতিহাসকী ওইনা শীংলকইবা অওম্বা মুংশিংকী মায়োক্তরা নত্রগা নুংশিং অসি মায়োন মতুং ইন্নরা হায়বসিদনি লূরিবদি। মসিগী শক্তমশিং অসিগী মতুং ইন্না খুর অমুক কুপশিন্না মালেমসিগী রাজনিতিগী ফিবম অমদি ইতিহাসকী তাক্কক য়েংখিবা তাই। মদু মশক মুম্না খঙবা তাই। নত্রবদি রিভোলুসনগী লম্বী খুদোংশীগনি।

## মালেম রিভোলুসনং

ঙসি মালেমসিদা লৈরিবা লৈবাক পুম্নমক সাইন্স অমসুং তেক্নোলোজীনা অসুক্কী মতিক নকশিন্নহনখে। মতুনা রিভোলুসন মখল পুম্নমক পূল্লরে। মহৈ মহৈ মরী লোইনা লৈনরে। অমগা অমগসু মতেং পীনরে। পাক্ক-চাওনা মালেম পুম্নমক খোম্না রিভোলুসন্ন ইস্থরক্লে।

অসুম্না অনৌবা যুগকী অওম্বা অমগী ঈচেন্না জাতি পুম্নমক তকথরক্লবদা মীখা থানা লৈরম্বা লৈবাকশিংগু মনীং তম্লনবা থেংনরকই। মনীংতম্লবা লৈবাক কয়ানা সমাজগী উতাংবী কাঙলুপ

ফুক্তোকতুনা কাওলুপ নাইত্রবা সমাজ অমগীদমক রিভোলুসন ভোৗরকই। পৃথিবী পুম্বদা চাওখৎত্রিবা লৈবাকশিংবু লাকথু-রিবসি সম্রাজ্যবাদীননি খণ্ডনরকতুনা অমত্তা ঙায়রবা চপমান্নবা য়েক্লবসিগী মায়োক্তা ঙসিদি অয়াম্বনা লেপ্লরে।

অময়োমদা সম্রাজ্যবাদীশিংগু নোংম নোংমগী নীংখায়রক্লিবা মখোয়গী য়ুম্ফম, খৈদেন, ঈ চুপকমশিংথু কল্লনবা ভোৗবা য়াবা ভোৗরি। শেনগী অমদি মিলিতরীগী পাম্বৈনা। অনৌবা য়ুগকী য়াওন্দা চান-চুশিন্নবা হোৎনরকই। মীয়ামগী ঈহৌ, অনিঙবা, অপাম্বা য়েংনা পাংশিল্লি।

অত্থুনা ঙসিদি ময়েক শেংনা রিভোলুসন অমসুং কাওন্টর-রিভোলুসনগী শক্তি অনি লৈরে। অমনা মালেমগী ওইবা সমাজবাদ পথাপ্লি, অমত্থুনা মালেমগী সম্রাজ্যবাদ পথাপনি। অহান্বগী অসিনা সোভিয়েত য়ুনিয়ন্না লুচিংলি, অকোন্বগীসিনা য়ু এস এ না মকোক্লি। ফুরূপ অনি অসিগী য়ানদবনা ঙসিগী মালেমসিগী মরায়বক্তা করি থোক্লগদগে হায়বথু লৈরে। হিংমিন-নখিগদ্রা নত্রগা পুন্না তুমিন্নরগদ্রা হায়বথু বেম্প অনি অসিগী য়ানদবদা লৈরে।

অনিশুবা য়ানদবা অমনা, চাম্মগী মথক্তা রাজনিতিগী মনীংতম্বা ফংঙক্লবা লৈবাকশিং অসি ইকোনোমীদদি মীপান ভাংনা হিংলিবনিনা মখোয়গী মনীংতম্বা ঙাকপা য়াম্না রারি, লুরি। মরম অত্থুনা অয়াম্বনা সম্রাজ্যবাদীগী অনৌবা কোয়নমগী নিতিদগী ( নিওকোলোনিএলিজম ) মশাবু কঞ্জননবা কন্না

হোংনরি। হৌজিকফাওবদা জাতিগী নীংতম লড়াই লেপত্রি। অদুগা সম্রাজ্যবাদীসু মখোয়শিং অসিবু অমুক হন্না ফাজিন্নবা লাং কয়া থাক্লি। মসিগী য়ানদবসিস্তু মরু ওইবা য়ান্নদবা অমনি। মরমদি অয়াম্বা মালেমসিগী মীশিং অমদি এরিয়া হায়রিবা লৈবাকশিং অসিদা লৈরে। মখোয় অয়াম্বনা সোসিএলিজমগী লম্বীদা মায় ওনশিল্লকই। মরম অদুনা সম্রাজ্যবাদীশিংনা অমুক্তা হেন্না কাওন্টর-রিভোলুসন, য়েখায়-হিঙ্গায়বা ( Subversion অমদি sabotage ) কনশিল্লকই।

অদুমক্তুনা য়ানদবা অমনা, চাওখৎলবা কেপিতেলিস্ট অমদি সম্রাজ্যবাদী লৈবাকশিংগী মনুঙদা মোনোপোলি বুর্জুরা কাঙবুশিংনা লমদমশিং অসিগী প্রজাশিংবু (শীণ্মী কাঙলূপপু) ওৎপা নৈবা হেক্সংলকই। অনৌবা যুগ অসিদা শাসনগী থৌরাংদা পৈশা হেন্না থাদরগা শীণ্মী মীযাম শবক শকথুরকপা, পোং চৈ মমল ভাঙবা, খাজনা হেন্না লৌখৎলকপা হেক্সংলকপসিনা শীণ্মী কাঙলুপ অসি হেন্না শীংননীংবা থেংননীংবা হেক্সংলকই। অদুনা কেপিতেলিস্ট লৈবাকশিংগী শীণ্মীশিংগা মোনোপোলী বুর্জুরাশিংগা য়ানদবা অসিসু মালেম রিভোলুসনগী বল্লবা ঈখায় অমা ওইররে। খুদম ওইনা ফ্রান্স অমসুং গ্রীসকী শীণ্মীশিংগী ফিরেপ্পা লৈবাক অনি অসি সম্রাজ্যবাদীশিংগী মরক্তা ভোঙাম্বা ফিরেপ থরদা ওইরবসু লৌরক্লি। পৃথিবীগী শান্তিগী ঈহৌদা অচুম্বা অকবা খোঙথাং য়েংঙক্লি। অসিগুম্বা পার্তুগালসু।

মথক্কী য়ানদবা অদুমসিগী মনুঙদা অহাম্বা মথলগী য়ানদবসিনা

য়ুগসিগী থ্বায়দগী মরু ওইবা য়ানদবনি। অকোম্বগী মথল্ অনি অসিসু অহান্বগীসিনা হুমলি। মালেমসিদা লৈরিবা লৈবাক সমাজ পুম্নমক্তা, লম্লায় মীওয় খুদিঙমক্তা কেম্প অনি অসিগী য়ানদবা পুম্নমকতু মমি তাররে। অওম্বা পান্বা নত্রগা পামদবা (প্রোগ্রেসসিভ ওর রিএক্সনরি) রাখল ফিদম পুম্নমক বেম্প অনিসিনা মহুৎ শিল্লরে।

অতুনা কেম্প অনি অসিগী য়ানদবগী অয়ৌবী থাকতা ওসিদি অরোয়বা লাল অমগী ধমকা লাক্লে। জ্ঞান তাবা মীপুম খুদিঙমক অসিগুম্বা লাল অসিগী মায়োক্তা চোংথোক্লরক্লে। অতুগা লাল পাম্বিবনা কনা, অতুগা পামদ্রিবনা কনানো, অমদি করিগীদমক্তা লাল অসুক কন্না পাম্মুরিবনো হায়বতুসু হেন্না খঙন-উনরক্লে। মরম অতুনা হয়েংগী অনৌবা পুক্কি অমদি সমাজ অমগীদমক আশা ভোরিবা, মচা মঙশিংগী নুংঙায় য়াই-ফবা পাম্নরিবা পুম্নমক অহুমশুবা লাঞ্জাও নত্রগা নিউক্লিয়ার লাল থোক্লনবা চোংথোকতুনা থেংনবা তাবনি। মাংেম পুন্বদা হৌনরক্লিবা শান্তিগী ঈহৈদা য়াওশিন্না তাবনি।

লোয়ননা মীয়ামগী গনতন্ত্র থম্নবা অমদি কন্ননবসু হোংনবা তাবনি। মীওয় খুজোক হুমতগী ওইবা গণতন্ত্রদি পৃথিবীগী রিএক্সনগা, কাওন্টর-রিভোলূসনগা খুৎশৈন্নে। অশেংবা গণতন্ত্রনা চাওথংপা পান্বা শান্তি পান্বা কান্ডবগা মরী লৈনৈ। মরম অতুনা গনতন্ত্রগীদমক থেংনবা হায়বসি, শান্তিগীদমক থেংনবনি।

শান্তিপূর্ণমক থেংনবা হায়রুদি অমা, অনৌবা অমসুং অওং-ঙবৈ লৈরবা সমাজ অমগী থেংঙমদি।

# ভারতগী রিভোল্যুসন

অনৌবা মতমগী শুঙবা ইতিহাস:

বৃটিশ সম্রাজ্যবাদীগী মথৌতগী রাজনিতিগী লৈংথবা য়াম্না বানা, মী লিশিং লিশিং মথরায় থাগ্রবা, জেলদা লাখ লাখ চঙগ্রবা চহী শাংনা থেংনরক্লবা মতুংদা শোক ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ১৫ দা কংই। অদুবু মতমদুদা লৈরম্বা ভারতকী ইকো-নোমীদি অশুকী মতিক শোক্লম্মী মতুংদি বৃটিশতনা ভারতকী ইন্দষ্ট্রি, থাও (পেট্রোল), চাবপামচিংবা অয়াম্বা পায়রম্মী। অতৈ কোরেইনগী মোনোপোলী কম্পানীশিংনা ইন্দষ্ট্রি কয়া চালায়রম্মী। লমদমসিগী ভারতমচা কেপিতেলিষ্টশিংসু লৈবাক অসিগী ইকো-নোমীদা শেয়ার থম্মদি য়াবা তম্মক্লবসু য়াম্না শোক্লম্মী। ঙসি অকোংবা শেলদা করোর ১৫০০ রেম্না পায়রবা বিড়লাসু মতমদুদা করোর ৪০ দগী রেল্লমখ্রি।

মরম অদুনা ভারতকী ইকোনোমী য়াম্না কিনংঙায় ওইবা শোক্লবা থাক অমদা লৈরম্মী। বৃটিশনা চংগ্রবদা মশীংথম্বা শাসনগী শক্তম (Sovereignty) অমদি লায়রবা মীয়াম কম্লনবা ভারত সরকারগী মথক্তা মমদি। মশাগী ফিকেন্দসু,

মতুগীদমক্তা থুনা শেমগতবা রাখিদে বর্গ কিঃ মিঃ ৩২, ৯৭, ৩৫২ রোম পাক চাউবনি। কংকালগী সিমনানা ভংথায় থর হেন্না, সমক্রমরোমদা ভংথায় অমরোমনি। মসিগী প্লাক-শেনবা হায়বসি অরায়বা থবক অমা ওইরমদে।

ভারত পাকিস্তান থাবদোক্লরকথিবদা মী মিলিয়ন মিলিয়নগী চেল্লোক-চেনশিন ভৌনবা, মরু ওইপ্রবা ইন্দষ্ট্রি, থনি লৈফাও লৈরবা লম করাস্থ পাকিস্তান্দা চংথিবনস্থ অমুকা হেন্না ভারতকী ইকোনোমীদা শোঃকথি।

অমরোমদা ভারতকী অয়াম্বা লমসিগী প্রজাদি লৌমীনি (চাদা ৮৫%)। অহুগা লুরিবনা লৌয়াম চাবা, ভগিন্দ রশিংনা লৌকম অয়াম্বা পায়রম্মী। লৌথোংস্থ অনৌবা পথাপ লৈরমক্রিনা লৌউ-শিংউস্থ থায়নগী প্লাক্তা ওইরম্মী।

অসিগুম্বা কিবম অসিদা ভারত সরকারনা শেক্লাও পায়বগী লম্বীদা ভারতকী ইকোনোমী শেমগৎপা লৌরুই (কেপিটেলিষ্ট পাথ ওফ দিভেলোপমেন্ট)। কেপিটেলিজমগী লম্বী হায়বসিদি থোং মায়দনা চাওথংপগী লম্বীনি হায়না কার্ল মার্ক্সনা হায়রম্মী (লো ওফ অনইভন দিভেলোপমেন্ট)। লম অমদা রাংথংলবদি অমদা কুংকনি। মী থরনা ইনাক থুনপ্রবদি অকোয়বদা লৈরিবা মীয়াম অমা লায়রগনি। মরমদি কুথরিবা, লায়ররিবদু অহৈদা ভোংথংপ্রিবদুনি। কেপিটেলিজম হায়বসিদি অওং-অনৈগী কাপ্ত-জুপ নাইবা লম্বীনি। মী অমগা অমগা, লম অমগা অমগা থোং মায়না চাওথংপা থক রাদে।

অহুমগীন্দু মথক্তা কেপিতেলিজমগী শাংগোম্লজবা লায়মা খরা লৈরে, মহুদি থবক ফংদবা, শুকম-লোমকম থজ্ঞদবা, শেঙ্গা-থুমজা, শেলগী ভেলু হন্থরকপা, পোং-চৈগী মমল ভাঙ্খৎলকপা অসিনচিংবনি। মখোয় অসিনন্দু ভারতকী চাউরবা সমস্যা ওইহল্লকখি।

অহুগা ভারতকী কেপিতেলিষ্ট খিড়ুলা, টাটানচিংবন্দু হৌজিক্কুমনা য়েৌনা ইনাক খুন্দ্রবগা, কেপিতেলিষ্ট অমা ওইবগী লমায় খুরবা মীংথেংগা লৈবনা মতমতুদা ভারতকী ষ্টেটশিংদা মখোয়গী শেল থাদবা (কেপিতেল ইনভেসমেন্ট) ওম্মমজি। ভারতকী সংকারন্দু লা রবিগা অমদি মাগী বদজেতন্দু লমায় কারবাররাল্লাশিংদা অথাঙ্গা শাদরিবনিনা থোং মাম্লদনা লৈরিবা ষ্টেটশিং অহুগী শেমগৎ-শাগৎপদা থোইদোক্না পুক্কিং চঙ্গুমজি।

অসিগুম্বা অবস্থা কয়া অসিদা ইন্দস্ট্রিদা থ্বাইদগী চাওখৎলবা ষ্টেটতি রেস্ত বেঙ্গল, মহারাষ্ট্রা অমস্তুং বিহারনা ওইরম্মী। মথংদা গুজরাট, উত্তরপ্রদেশ, রাজস্থান, মধ্যপ্রদেশ, কেরলা-মচিংবনা ওইখি। অদুগা গুসিদি ভারতকী মমুত্তদা চাওখৎলে হায়বরিবা তামিলনাড়ু, (মমতুগী মাদ্রাস ষ্টেট) পঞ্জাবনচিংবসি মখিং তাৎরমজি। মাস্র স ষ্টেট হায়রগা অম্ক্রু পূর্ণম্মী পঞ্জাবতা হরিয়ানা য়াওরম্মী।

ইকোনোমীদা থ্বায়দগী খিবম ফত্তবা ষ্টেটশিং অহু মখাগী লোন, কলচর লৈজবা; শক্তা-পুদা তোঙ্গম্ব হাকচাংস্থ ওইরম্মী। মরম অহুনা হিংবা য়ারক্লবদা "ঐখোয় হিন্দু নত্তে, দ্রাবিড়নি"

"হিন্দি লোল ঐখোয়গীদা পুশল্লকপা য়ারোই" "ঐখোয় ভারত-বাসী নত্তে" "তোঙাবা নীংতম্বা শক্তম লৈজবা লৈবাক ওইগনি" হায়না কল্লবা ঈহৌ শাগংলকখিবসি দ্রাবিদা মুনেত্রা কজগম পাটি হায়বত্মুনি। মখোয়গী ঈহৌগী ফলনা ভারত সরকারনা লমদম অদুগী (ঙসিগী তামিলনাডু) চাওখৎ থৌরাংদা ইন্দষ্ট্রি, লৌউ-শিংউ, অমদি সোসিএল প্রোগ্রামদা ধন হেম্না পুক্নিং চঙলকখি। অদুগা অন্ধ্র ষ্টেটস্থু থাযদোকখি।

চপ মান্নবা বাখোক পঞ্জাবতস্থু থোকখি অকালী দল থোয়রকখি। হরিয়ানা ষ্টেট থাযদোকখিবদা নত্তনা পঞ্জাবকী ইকোনোমীক ডিভলপমেন্ট কেন্দ্র সরকারনা হেম্না পুক্নিং চঙশিনখি।

অদুম্না পেন্দবগী ঈহৌদগী ভারতগী তোঙাবা ভানিংঙক-পসি সম্রাজ্যবাদী আমেরিকা অমদি ইংলেন্দগী খুং য়াওরপা নাগালেন্দ, মিজোরামদস্থু হৌরকখি। মখোয়স্থু হায়দি আসাম ষ্টেটকী মনুঙ চল্লবা ঙাক্তনি। হিংবা য়ারকত্রবদা নাগা জাতিগী শক্তম কয়নবা, মিজোনা মিজোগী (সেপেরেট আইদেনদিটি) চোংথোক্লরকখি। চাওখৎপা কাঙলুপকা চাওখত্তবা কাঙলুপকা ভিন্ননীংদে, ভিন্নবস্থু য়াদে। অওৎ-অমৈ লৈবা, হম্না য়েংনবা সমাজদা লৈরিবা, হম্নরবা কাঙলুপ অমদি জাতিনা হেন্না কন্না ঈহৌ শাগংলকপা, তোঙাবা ভানীংঙকপা মশানা ভাবনি। ঙসিগী নোংপোক ভারতকী ষ্টেট পুন্নমক্তা লাক্লিবা ঈহৌশিং আসাম, মণিপুর, ত্রিপুরা, নাগালেন্দ, মিজোরামশিংবদা লৈরি-বসি মনুঙগী মচি ওইবা (essence) দি চপ মান্নৈ।

মপান্থোংগী শক্তম, (ঈহৌশিং অসিগী) তোঙান তোঙাঙবা য়াই। (এপিয়রেন্স ওর ফেনোমেনন)। অদুবু মদু হৌহল-লক্নবগী মচি ওইবা শক্তক (ইসেন্স) তুদি ভারত সরকার অমদি স্টেটশিং অসিগী সরকারশিংনা মতম কুইনা কেপিতেলিজমগী লম্বীদা চৎলকপননি। তৌবদবু মসিদা হেন্না লুশিল্লকইবদি মপানগী খুৎ য়াওশিল্লকপসিনি (আমেরিকা, চীনা অমসুং পাকিস্তান)।

# ভারতনা মণিপুরদা লানখিবা

ভারতকী মমুঙচম্বা লম অমা ওইনা মণিপুরনা লাকখিবসি কুইরবা রাকম্নি। মরুওইবা হীরম খরদা দিফেন্স, ইন্তর-নেসনেল পোজিসন, শেলদা বৃতিশ ইন্দিয়াগী দায়ীত্ব ওইদুনা লাকপনি। ভারতনা মনীংতম্বা ফংলবদসু অদুম্মক চগ্গরকখি।

পুম্নমকসিগী মথক্তা লাল্লিবা অমনা ভারতকী বন্সতিটুাসম্নি। শেঙাও পায়বগী লৈঙাক্লোন য়োকখৎপদা নত্তনা সেন্টর স্টেট রিলেসনগী মরীদা সেন্তরনা কা হেন্না খুৎ থিংজিন্নবসিনসু স্টেট-শিংনা পেন্দবগী মরম্নি।

শোক ১৯৪৯ গী ওক্তোবর ১৫ দা মণিপুরগী শাসন ভারত্তা তিনশিনখিঙনি। তিনশিন্বা অসিদা সহী তৌনবদা য়ানখিবা

রারেপশিং অহু ভারত সরকারনা মীরায়রকখিবদি মণিপুরগী শোখরবা ইকোনোমী অমদি কলচর শেমগৎপগী দায় লৌগনি হায়বহুনি। মসিদ অতৈ স্টেটশিংদসু তানাখিবা দষা অহুমাকু। ভারতনা কেপিতেলিস্ট পাথ ওফ দিভলপমেন্টতা চঙশিল্লুবহুননি।

অনিশুবা অরাপ্পনা, মণিপুরগী হায়া লৈজরম্বা স্টেটহুদ, মপুংফাবা শক্তি লৈজরম্বা আইন সভা মতম কুইনা মুৎথৎলুবহুনি।

অহুমশুবদা, লমদম অসিগী মতীকচাবা মীওয় লৈত্রিংঙদা কায়রমদে, অহুগা লৈরক্লবা ফাওবদা মপানগী মী পুশিনথাজিল্লকতুনা মণিপুরগী শাসন তৌহনলকখিবনি।

## মণিপুরনা হেল্লা লানশিনখিবা

মণিপুরদা পানখিবা সরকারশিংহুনা দিল্লিগী মতুং হেল্লা ইনশিনখিহুনা শেঙ্গাও পায়বগী লম্বীদা হেল্লা চঙশিনখিবসিনা খায়দগী অহাম্বা অরাম্বনি। পিক্লবা মণিপুরগী ইকোনোমীদি লৌউ-শিংউখক্লনা মপুঙনি। কল-কারখানা, ইন্দষ্ট্রি, খনি অমত্তসু লৈত্রি হায়বা য়াই। পুং ২৪ চুপ্পা শীজিন্নগদৌরিবা তঙায় ফত্রবা পোৎ অহুগা মরক মরক্তা ওইনা শীজিন্নগদবা পোৎ ( Essential অমদি non-essential ) পুম্নমক মপানগী অতৈ স্টেটশিংদগী লৌবা ঙাক্লনি। অসিগুম্বা পোৎশিং অসিসু

মপান্দগী ল্যাকপা মীওয় ১৫, লমদমসিগী ৫ মুক্কদা লোইনা এজেন্সী পার্মিত পীদুনা লম্নায় কারবারগী কল্লবা চাওরবা য়ুম্ফম খোল্লীরুবা ঐখোয়গী সরকারশিং অদুননি। অসিগুম্বা মীওয়শিং অসিদা' মপান্দগী পোং পুম্নমক পীথোকপদা নত্তনা লমদম অসিগী পোংশিং ফাওবসূ মপান্দা থাদোকখিনবা পার্মিত পীথোক্ল,ই।

অনিশুবদা, মণিপুর সবকারগী স্টেট বদজেত থিকাদার খরথক, ব্যুরোক্রেট অফিসার খর অমসূং মন্ত্রী খরথক্কুনা মপুঙদা হেক হেক চষী খুদিঙ লোইশিল্লি। অসূম্না করপসন কম্না ভস্মী, শোঁগংলি। কেন্দ্রদগী পুর নিরগদা প্রজা থাকপগী রাখল লৈ.। স্টেট অসিগী খোঙলেপফম শেন-থুমগী য়ুম্ফম (মিপান ভাংদবা) ইকোনোমী শেমগং-বগী রাখল হৌখি্রবা চষী ৩৫ অসিদা নোংমতসূ খল্লকখিদ্রংনি। কেন্দ্রগী থৌজালদদা মীয়াম অসি হিংহল্লকখিবনি।

অহুমশুবদা, মণিপুর মশাগী মমল য়াম্লবা কলচর, নাৎ, চংনবী কয়া অমসূং লোল শেমগংপগী মত'ঙদা মণিপুরগী হৌখ্রবা সরকারশিংগী থওই রাওইদবা কয়া লৈরকখি। থৌনা ফনা কেন্দ্রগা থেংনদুনা, তঙায়ফরক্রুবদি মীয়ামগী মতেং ফাওবা লৌদুনা, ভারত সন্নিধানগী ৮ শুবা সিড়ালদা লমদম অসিগী লোলবু হাপচিন্নবা ফাওবা মণিপূরদা পানখি্রবা সরকারশিংদুনা করিমজ্রা ভোরকখিদে।

মরিশুবদা, পিকখ্রবা অমসুং চাওখংত্রিবা লমদম অসিদা

সম্রাজ্যবাদী আমেরিকা অমসুং চীনানা খুং থিংজিল্লকপসিনি। শেন্নগং-শাগংপগী ( ইকোনোমী ), শিক্ষাগী কলচর, ধর্ম্মগী সংস্থান কয়া চণ্ডশিল্লক্লে। চীনানা অমরোমদা লালহৌবগী মতেংকাওবা পীরগে। ইকোনোমী অমদি কলচরগী ময়দা খুং থিংজিল্লকইবা ওর্গেনাইজেসনশিং অসিনা ব্যুরোক্রেত ওফিসারশিংগা লৌতুনরক-লবা কাওবদা মণিপুর -সরকারনা য়াহুনত্তা লাকথি। মসিনা লমদমসিগী শাসন অমদি রাজনিতিদা হেন্না খুদোং থীহল্লকথি।

মঙাত্তবদা: মণিপুরগী ইতিহাসতা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা শেঙ্গা-থুমঙ্গা ( কুরপসন ) গী চাং, চাদা থবক ফংদবদগী মশীং, পোং-চৈ তাঙবা অমদি শেনগী তেলু হম্বা অসি ভারতকী মনুঙদা থায়দগী হেন্না অমা ওইখ্রবনি। মসিনা শিকখ্রবা মণি-পুরগী চীঙতম প্রজা লাখ ১৫ অসিগী পুন্সি উবা ফংনা শোকহনখ্রবনি।

মসিগী মথক্তা ছরান পোংয়োন ( ব্লেক মাকেত ) তৌবা অমদি থিকাদারশিংনা অমুক হেন্না লমদম অসিগী পুন্সি অমদি শেন্নগং-শাগংপদা অকিবা ফংনা খুদোংথীবা থোকহল্লি। ভারতকী অতৈ স্টেটশিংগী থিকাদারশিংগা মণিপুরগী থিকাদারশিংগা পুংখেন খেরৈ। শম্না হায়রবদা মণিপুরগী থিকাদারশিংদি প্রজাশিংগী শেল ( পাব্লিক মনি ) লুত তৌবনি।

ব্লেক মার্কেতিয়ার (ছরান পোংয়োং তৌবশিং) না প্রজা-শিংনা নিতিগী শীজিন্নবা পোত্তগী ক্ষোরগা লৈহুনা শীজিনরিবা পোং খুদিঙমক মনীংতম্না শাবহুনা মণিপুরগী প্রজাশিং ঐ চুক্নী।

অসিগুম্বা করপসন, থবক কংদবা, শেলগী মমল হংবা অমদি ছুয়ান পোৎস্নোন ভৌনরিৎসি মণিপুর সরকারনা হৌদোকপনি, তম্বীবনি অমসুং শোগৎপনি। থিকাদারশিংনা থবক ইভৌ ভৌরমদনা পৈশা পুল্লপ পুল্লপ হাংলকপসিন্দু মণিপুর সরকার য়াওবনি।

মরম অহুনা মথক্তা পনখিবা মণিপুরনা লানখিবা রাকমশিং অসিদগী থবক কংদ্রবা নহারোলশিং পেল্লকবা ভাবনি, গুরনোম্বগা হিংজনবা হোৎনরিবা মীয়াম্বু খোয়রাং খোয়শাওনরকপা মশানা ভাবনি, কলচর য়োকথৎচনিংবা লাইরিক লাইগু হৈরবা কাওলুপস্মু নীংব-কায়রকপগ্ন ভাবনি। মতুগী পোলোইদনা থুরবা জাতিগী মীংস্নেং, পেল্লদ্রবা ধর্ম্ম অমদি নাংকী লোল, ভোথায়, ভানীংবগী রাখল্লোল শাগৎনরকপনি।

## মণিপুরনা ভারতগী তোখায় তানীংবগী রিভোলুসন ওইথোক্কদ্রা?

মণিপুরনা ভারতগী ভোথায় ভাখিনবা রিভোলুসন ভৌবা ভারবদি মথক্কী চেপ্তরশিংদা নৈনখিবা রিভোলুসনগী ভণ্ডায়ফদনা চওদবা য়াদ্রবা মচাকশিংহু কুপ্পা য়েংবা ভাই।

অহানবদা:— চীগু ভম প্রজা পুমমক রিভোলুসনগী অপুম্বা ওবজেক্তিভ ফেক্করনি। অমুকস্মু লুরিবদি চীগুগী প্রজানা অওং-

অনৈগী চৈথেং হেন্না কংঙক্লবনি। চীঙ তম প্রজাশিংগী মরক্তা লৈনরিবা ইতিহাসকী ওইবা মরী মুন্না য়েংবা তাই। "ধর্ম্ম-নিতি, রাজনিতি, অর্থনিতি অমদি সমাজিক ওইবা মিৎয়েংদগী।" অদুগা অপুন্বা কাঙলুপকী রাখল, মিৎয়েং শাগৎপা তাই।

অনিশুবদা:— চীঙগী লমদম্না মণিপুরগী খায়দগী য়াম্না এরিয়া ওই। চীঙ তমগী অপুন্বা বর্গ মাইল ৮,৬৩৫ গী মনুংদা ভুম্পাকী এরিয়াদি বর্গ মাইল ৭০০ খক্তনি। লিশিং অমফাওবা য়োদে। অমুকসু চীঙনা ইকোয় কোয়শিল্লি। মরম অদুনা ভৌগলিক অবস্থানসু হেন্না অমুক্কা ময়েক শেংহল্লে, মদুদি চীঙ-তম পুন্না হৌমিন্নদনা কৈদৌঙৈদসু রিভোলুসন মখল অমত্তা মায় পাক্লোই।

অহুমশুবদা:— চীঙ অমসুং তমগী প্রজাশিংগী পুক্নিংদা "ওৎপিরবা কাঙলুপকী রাখল" (class consciousness) কাওহল্লকপা অমসুং মদুদগী অপুন্বা থবক পায়খৎমিন্নরকপা হায়বসি তরাই তরাইবা থবক অমদি ওইদে। মতম চঙগনি। রাগনি। হৌজিক মণিপুরদা চীঙ-তম পুন্না রাংলিবদি অপুন্বা জাতি অমা ওইবগী রাখল (common psychological make-up or emotional integrity), অনিশুবদা, অপুন্বা খুন্নায়গী রাখল (Social consciousness) অমসুং অহুম-শুবদা, কাঙলুপকী রাখল (class consciousness নি।

অদুগা মখোয়শিং অসিবু কাওহল্লকতুনা চীঙ-তমগী মীয়াম

অসিবু রিভোলুসন্দা সমজিংঙকুবা রিভোলুসনরী পার্টিস্থু মণিপুরদা য়ৌনা মপাঙ্গল কন্না তাই। মরম অদুনা মতম চঙনা পাঙ্গল-শিংনা রিভোলুসনগী সবজেক্টিভ ফেক্তর চীঙ অমস্থুং তমগী মকম থুদিঙমক্তা শাগৎপা অমসুং মপাঙ্গল কলহন্না তাই।

মরিশুবদা :— মণিপুরগী হ্বায়দগী মরু ওইবা লম্বী পুম্নমক চীঙ ফাওদুনা লাকপনি। রাকম অসি রিভোলুসনগী মতাংদা মরু হরু লুনা লৌদবা য়ারোই। মৎঙদা চীঙগী লমদা নৈবা অচৌবা জঙ্গল, লোক, লাম্লোং চাবা অরাংবা চীঙ পুম্নমকস্থু মরু ওইশিল্লকই।

মরম অদুনা চীঙ-তম ইচিল ইনাওনি হায়বথক্কুমক লাওরগা য়ারোই, ঐখোয়গী লমচৎ অমস্থুং থবক্তা রাথল অমস্থুং হকচাংগী অপুন্বা পুরক্কদবনি। মহু ঙমত্রিবমখৈদি রিভোলুসন মথল অমত্তা হায়বদি; তারত্তগী তোখায় তানীংববু ওইরবস্থু, নেসনেল দিমোক্রেতিক রিভোলুসনবু ওইরবস্থু অমত্তা মায় পাক্লোই।

মঙাশুবদা :— লেনিনা হায়— "রিভোলুসনরী থিওরী অমা য়াওদনা রিভোলুসন ওইথোক্তে" (without a revolutionary theory there can never be revolutionary movement)। মতাং অসিদা "দিললি ইমপরিএলিজম" হায়না মণিপুরনা মখোয়গী মীনায় অদুগা দিল্লিনা লোয়-লম শন্দোকপা পাম্বা শক্তি হায়না শন্দোকপনদি মীয়াম্বু হন্না অমদি রিভোলুসন্দা য়াওহল্লকপা য়ারোই। তারত্তনা মণিপুরবু লোয় লম ওইমা থমদে, লৌদে অমসুং লোইনদে।

মহৎ মথক্কী চেপ্তরশিংদা পনখ্রে। করিগুম্বা মণিপুরবু লোই-লম ওইনা থনম্বা ভারবদি চহীগী অপুম্বা লুপা ক্রোর ১২ থক্কা আয় লাকচবা স্টেট অসিদা চহী খুদিগী ক্রোড় ১০০ গী মথক্কা হেক হেক দিল্লিনা থাদরম্লোই। মরমদি ইম্পরিএলিজম (লোয় লম শন্দোকপা পাম্বা নিতি) ওইরম্নবদি মণিপুরগী শিকথ্রবা ইনকম ক্রোড় ১২ অহুবু শেন্দোং ওইনা কংগনি হায়দুনা চহী খুদিগী ক্রোড় ১৪০ হেন্না থাদকম থোক্কে।

মরম অদুনা ভারত সরকারবু ইম্পরিএলিস্টনি হায়বা থিওরী অসি শাগৎলগা মণিপুরগী নীং-থা ভম্বগী রিভোল্যুসন শাগৎপা মায় পাক্লোই। দিল্লি অমসুং মণিপুর সরকারগী দোষতি মথক্কা নৈনখ্রে। মসিমক্ত হংবা ভাই মশাগী খনি, কল-কারখানা মথোক্তদা লেপচবা ভম্বা মীপান ভাংদবা ইকোনোমী লৈজদবা চহীগী অপুম্বা আই ক্রোড় ১২ থক্কা লাকপা মণিপুরমা মথক্কা হিংবা ভমগত্রা? কৈ কিদুনা চেন্নগা শওম ওক্কে হায়বদু ভাগনি। ভারতগী নাম্থোক্লগা চীনা নত্রগা আমেরিকাগী থায়াত্তা অমুক ভাগনি।

হংদবা য়াত্রিবা, প্রজা পুম্নমক্কা থওমিন্নদবা য়াত্রিবদি ভারত সরকারদগী মপুঙ ওইনা লাকপা মণিপুর সরকারগী চহীগী বদ-জেত ল্যপা ক্রোড় ১৫৭ অহুবু করম্না শীজিন্নবগে? প্রজাদা কয়া য়োবগে?

ভরুকত্তবদা:— লেনিন্না মতম অমদা অমুক্ত হায়খি, "ঐখোন্দা রিভোল্যুসনরীশিংগী ওর্গেনাইজেসন অমা পীয়্র,

অদুগা ঐ রাশিয়া মথক-মথা ওনগে ("Give me an organisation of revolutionaries and I will upturn Russia") হায়রমগিনা ভাকপদি রিভোলুসন হায়বাস ওর্গেনাইজেসন য়াওদনা য়ারোই। নৈতৌপিরবা মীয়াম্না খায়দগী মপুঙ ওইবান। রেলগাড়ী অমনা দবা কয় চিংক। দাবাশিংদুদা মীশক-মীচই তোঙান তোঙ'ম্না য়াংই। ঐখোয় অম্বুম্বা খল্লাস দবাশিং অদুগী অমদা শীম্বী, অমদনা লৌমী, অমদনা নহারোল, অমদনা নুপী মীয়াম আসনচিংবা কয় য়াওই। অদুগা রেলগী রেলকোক অমদি ড্রাইভর অদুনা মীওয় ফুরুপাশিং অসিবু মখোয় মখোয়গী পন্দুংফম য়োনবা পুশিরি।

অম্বুম্বা রিভোলুসন শৌগদৌরিবা সওজেজভ কেঙ্কর (রিভোলুসনরী পার্টি) অদুনা রেলগী রেলকোক অমদি ড্রাইভর ওইরগা লেবাক সমাজগী ওংপ নৈবীরবা মীয়াম্বু চিংশরুদৌরিবনি। মরম অদুনা সমাজ অমদা নৈরিবা মীয়াম্বু শীনকম, চহীমতাং য়েংনা ফুরুপ ফুরুপ পুংশিংগ্লা, ভাশন-খোমাজনগনি অমম্বুং রিভোলুসনগী রাথল চেলহল্লকনি। মসিবুনি ওর্গেনাইজেসন হায়রিবাসি

অদুগ মীয়াম অসিনা পাক-চাউন মীংকপ থেংকনকনবা, লেঙ-ওৎলক্লবা অমদি চোংথোরকনবদা পোলিটিকেল আর্মী (রিভোলুসনরী) শিংগী ওর্গেনাইজেসন লাকনি। মদু ওরবদি হায়রবদি মীয়াম্না পাক চাউনা কৌসংলক্রিবমখৈদি করিমত্তা কায়শিংত্তায় নৈতে। মরমদি মাওসেতুং মক্লম্ব হায়— "মীয়ামনা

ঊশিংনি, রিভোল্যুসনরোশিংনা ঙাশি" ঊশিং য়াওদনা ঙা লৈবা ওইখোক্কে।

মথঙদা অসিগুম্বা রিভোল্যুসংরোশিং অসি থনগৎপা হায়বসিন্থ অচৌবা, মতম চঙবা অমসুং অক্ৰবা খোদাং অমা ওই হায়না লেনিন্না হায়রম্মী ( long arduous process )। রিভোল্যুসন্দা চোংখোরকপা খুদিঙমক চপ মান্নবা উবা অমদি শীঙিন্নবা য়ারোই। মখোয়গী কাঙলুপ, হৌরকফম মুন্না নৈনগদবনি। মসিবু য়াম্না মক্ক ওই হায়বসি লেনিন্না মাগী লাইরিক "ওয়না প্ৰাবা কম্যুনিজম, অঙাংগী লায়না মথুল অমা" ( Left wing communism, an infantile disorder ) হায়বহুদা তাক্লম্মী।

মশানা তানা, য়াওগদৌরিবশিং অদূগী কাঙলুপ ( ক্লাস কন্টেন্ট ) য়েংদবা য়ারোই। লুংঙায় য়াইফবা কাঙলুপশিংগী হৌরকপা, ময়ায় ওইবা ইমুংদগী থোরকপা রিভোল্যুসনরোশিং অয়াম্বনা অথাঙ কনগন্দে, পুকচেল থোয়গনি হরাওরবসু অতৈগা শাওরবসু অয়োবী ঙাক্না ঙাংগনি. থনগনি অমসু তৌগনি।

অমুক্তসু নিশাদা য়ু গঞ্জানচিংবা ময়ায়কাবা নিশাদা চোংবা অমসুং মমা-মপা পুলিস অমসুং সরকারগী থবক তৌবা মীওয় ওইরবা নত্রগা মরী লৈনরবা অতৈ ওইরবদি রিভোল্যুসনদা খুদোং থী। মুপী-নহাদা নত্তবা লমচৎ, মীৎয়েং হৈনগদ্ৰ ওইরবদি মতুনসু অমুক্তা রিভোল্যুসন্দা নমথাক তৌগনি। মথক্কী কাঙলুপ অমদি হৈনগম্বা কাঙলুপ অমদি হৈনগদ্ৰ শাজংশিংগী

মীওইবু খনগংলবা রিভোল্যুসনগী ওইহল্লুরবদি ক'ওন্টর-রিভোল্যুসন থোরকহল্লি। রিভোল্যুসনগী লম্বীদা বিশ্বাসঘাতক ওইরকল্লি। মরম অদুনা মী থুদিঙমকপু মাম্না লৌবা য়ারোই, রিভোল্যুসনগী ওইনা হেক্তা লৌবা য়াগোই।

তক্ককশুবদ:— লেনিন্না হায়রম্মী "রিভোল্যুসন অমনা মশানা মশাবু ঙাকথোকচবা ঙমগদবনি" হসি শান্তিগী লম্বীদম্লুনি। য়েক্লবগী প্রোপেগন্দা, খবর-কাগজ, মিথিংলচিংবা রিভোল্যুসনগীশিংগী চেফেঙ, মিথিংলচিংবনা ঙাকথোক্কনি, থেংনগনি। করিগুম্বা খুংলায় পায়নরকপা তারবস্থ মতুগী পাওখুম চপচানা পীবা ঙম্বা তাই। মরম অদুনা লেনিন্না হায়ৱিবনি "A revolution must be able to defend itself."

অরোইবা ওইনা লেনিনগী আর্টিকল "Advice of an onlooker" হায়বা কলেক্তেদ বার্ক্স ভোল্যুম ২৬ কী লামাই ১৭৯-৮১ দগী ৱাকম অসি মরু ওই—

"....... Armed uprising is a "special" form of political struggle, one subject to special laws to which attentive thought must be given. Karl Marx expressed this truth with remarkable clarity when he wrote that "insurrection is an art quite as much as war."

Of the principal rules of this art, Marx noted the following:

1. "Never play" with insurrection, but when beginning it realise firmly that you must "go all the way."

2. Concentrate a "great superiority of forces" at the decisive moment, otherwise the enemy who has advantage of better preparation and organisation, will destroy the insurgents.

3. Once the insurrection has begun you must act with the greatest "determination," and by all means, without fail, take "offensive." The defensive is the death of every armed uprising"

4. You must try to take the enemy by surprise and seize the moment when his forces are scattered.

5. You must strive for "daily" successes, however small ( one might say hourly, if it is the case of one town ), and at all costs retain "moral superiority."

## অচম্বা, অমত্তা ঙায়রবা হৌজিকমক্কী রিভোলুসনগী লম্বী

মথক্তা নৈনখ্রিবা অরোইবা চেপ্তর খর অসিদগী মসিমদি শেংংলে মচদি হৌজিকংক নৈনবিবা পাংখবী পামমক্কী ওইবা

রাজনিতিগী ঈরাং, ভারত অমদি মণিপুরগী অবস্থানা ভারত মচেৎ মচেৎ ভানবা ঈহৌ কান্নরোই, লানগনি অমসুং মায় পাক্লোই। খুৎলায় পায়তুনসু কান্নরোই।

মরম অতুনা তরং-তরং লৈরিবা অবস্থা ( objective reality ) অমসুং মালেম পুম্নমক্কী ওইবা ইতিহাসকী অথন্নবা তাংকক ( Specific or concrete historical situation ) ময়াম অসি খরদং নৈনরবদি ঐখোয় পুম্নমক্না উগনি অমসুং য়াগনি মতুদি ভারতকী অমসুং মণিপুরগীদা নত্তনা এশিয়া, আফ্রিকা অমসুং লাতিন আমেরিকাগী চাওখৎত্রিবা অমদি চাওখৎচরক্লিবা লৈবাক পুম্নমক্কী অমত্তা ভায়রবা য়েক্নবদি ( কম্মন ইনেমি ) সম্রাজ্যবাদী আমেরিকা অমদি মাগী ফুরুপ্নি হায়বসিনি।

অনিশুবা য়েক্নবনা লৈবাক মনুঙগী অচৌবা শেঙ্গাও পায়বা কারবাররবালা মোনোপোলীশিং খুজোক অমসিনি।

অহুমশুবা য়েক্নবদি লৌয়াম চাবা অচৌবা জমীন্দারশিংনি। হায়রিবা য়েক্নবশিং অসি মরু ফংনা মুৎখৎপা ভমত্রিবমখৈ ঐখোয়না করিমত্তা আশা তৌনিংঙায় লৈতে।

মরম অতুনা সম্রাজ্যবাদীশিংগী লাল্লোং ( রাজনিতিগী লৌয়াওবা শেনগী, মিলিতরীগী মতেং, দিপ্লোমেসীগী ঙক্নোংবা অরোম্বা লাল্লোং ) থেংননবা থৌনা ফনা হোৎনবা তাই। মসিবু উবা অমদি য়াবা কাঙলুপ পুম্নমক লন্নায় মীওয় ফাওবদা দল্লা দলী খায়দনা পুম্বা তাই।